মসিনা ঐগী অরোইবা বানি

পদ্মকুমার সিংহনা ইবা শৈরেংশিংগী অপুনবা

কে, পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল।

ফংফম খোকপা পুম্নমক অকোঙবীগীনি। অইবা চে নংত্রেগা অকোঙবীগী মায়গৈদগী য়ানবা রারোল য়াওদনা লাইরিকসিদগী কয়িম্বা অমতম্থু লৌখোকপা অমসুং ফোঙদোকপা থিংজৈ।





---

অহানবা ফোঙবা : সেপ্তেম্বর, ১৯৯২/লাইরিক মশীংঙ : ৫০০
ফোঙবা : কাংজম ওংবী শ্রীমতি রাজকুমারী তম্ফাসনা দেবী
লাইরিক নম্বা : চনম হেমচন্দ্র, চীং-তম প্রেস, ইম্ফাল
মথুম য়েকপা : সাপম শাফবা/মমল লুপা ২৫

ফংফম

রাজকুমারী তম্ফাসনা দেবী
উরিপোক তখেল্লম্বম লৈকাই, ইম্ফাল।

# মাওফম তাকপা চেনা

## ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং

**সঙ্গ্যাগী ঈশৈ**, মশাগী শৈরেং অপুনবা, ১৯৭২ ইং
**পোমশাংনবী**, শৈরেং, সম্পাদন তৌবা, ১৯৫৩ ইং
**থম্মাল পরেং**, শৈরেং, সম্পাদন তৌবা, ১৯৬৯ ইং
**অনৌবা লৈপরেং**, শৈরেং, সম্পাদন তৌবা, ১৯৬৯ ইং
**পুন্সী মূর্তি**, ৱারী মচা, সম্পাদন তৌবা, ১৯৬৩ ইং
**সাহিত্য লৈপুল**, ৱারেং, সম্পাদন তৌবা, ১৯৬৯ ইং

## হংগৎচবা

রাহৈ অমা অনীদং

ঙসি কৃষ্ণ জন্ম নুমিৎনি, আগষ্ট ২১, ১৯৯২ । জুলাই, ১৯৭২ দা 'সন্ধ্যাগী ইশৈ' কৌবা ঐগী শৈরেংগী লাইরিক ইহান হান্না ফোঙ্খি । ঙসি চপ চানা চহি কুননিথোই ফারে । নীংশিংলুবদা পুক্নিংদা নুংশিবা পোকই, কুইনা উনরুদ্রবা মরুপ নৌনা উনবা ফংবদা পোকপা ইথিলদু ফাওই । পামজনা তৌজবা, শৈরেং অমতং ইবদা কোয়চেন চেন্দুনা খঙ্ন-তাম্নবশিংদা পাখিবা পুন্সিদু নীংশিংলকই ।

ঐদি শৈরেং ইবসি অহিংবা পোৎ অমা পুথোকপনি লৌই, দাইনামিক ওইবা পুন্সিগা খুৎশম্নদুনা চৎমিন্নবা ইচেলনি খল্লি । শৈরেং শাগৎপগী রানা নুংঙাইরবা খোংথাংনা পুন্সিগী ময়োলদা অকনবা ইথক-ইপোম হৌহল্লি । ঐনা ঙক্না থেংনবা অমনা, ইবদা অকোনবা শৈরেংনা অহিংবা পোৎকী মৈশা পীবগুম, মতুগী মমাঙদা ইখিবা ঐবু ফুক্কুনা পুরম্বা শৈরেংগী ময়াই মাঙখিবগুম তৌই, মৈশা হন্থখি । মসিনগুম শৈরেং ফোঙবদা অপনবা অমা ওই ।

শৈরেংদি মীগী পুন্সিগা য়াম্না নকুৰা পোৎনি । মাগী তোংঙানবা শুমহৎয়াই অমা লৈ । অতাঙবা মিৎকুপতা কবিনা উবা পুন্সিগী মশক্তি, কনানা পুন্সিগী চমন্নবা, অকায়বা তরং তরং উৎলি; কনানা অকায়-অতোয়গী মন্নুংদা লুপ্তুনা চংলগা ইংনা ফজরবা মশক অমা শাগত্তুনা পুন্সিগী অনৌবা মিয়েং অমা পী; কনানা পোকপা, শিবা, লাংঙোনগী মন্নবা শুরুংদা চংদুনা মমিৎ উইশিন্দুনা ধ্যান

তৌই, করিগুম্বা খরদং পুকচেল শেংনা হায়নবা হোৎনৈ। চীংনুংগী সনা লোক অমদি লাইরমলেনগী থাজবা মাঙ্খরক্লবা পুমকোক কোক্লবা অনৌবা যুগকী মীগী অরাবা, মখোয়গী নাহেখোন, মখোয় মশাতগী ওইবা অমাঙ্-অতা নত্তে; ঐখোয়গী যুগ অসিগী থম্মোয়নুংগী খোয়রাং-খোয়শাওনবা হরা-নুংশিৎকী মশক তাকপনি। ঙসি ঙসিমক ইরিবা কবিনা থাইনদগী লৈর-ক্লবা পুন্সিগী অচৌবা রাহংশিংবু খুম্নবা হোৎনরবস্থু, মমাঙ্দা থোকলিবা লৈবাক্কী থৌদোকশিংদা মখোয়স্থু লুপশিন্দবা ঙমদে। মখোয়গী শৈরেংগী নুংদা লৈবাক্কী চিংনবা, থরায় রাবা ছত্তুনা মমি তাই; তৌবভবু মখোয়গী অশাবা রাখলদু মশক নাহবা সিম্বোলগী মতেং লৌতুনা ফোংদোকই। পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙ্ অমস্থুং মতুং খৃষ্টাব্দ ১৯৬০ গী মনুং অসিরাইবু মশক নাইবা যুগ অমা ওইনা সাহিত্যদা মোর্ডন এজ কৌরে। মসিগী মতুং তারকপদা, ঐখোয়না ঙসিমক ইরিবা কবি কয়াগী তোংঙান তোংঙানবা মরনাইগী ওইবা স্থুর তারি। মমাঙগী খুনাম য়েংতুনা থিগৎলকপা, তাংনা ফংবা ইশৈগী মণি-মুক্তা উবা ফংলি। থেংনবা ঙাক্তনা অর্থ চেনবা নত্তে, থেংনখিবদু মীওইবগী নীংশিংবনা মতুদা লাইনিং ওইরবা মতমদা মশক-মচু থোকলকই, নৌনা হিংগৎলকই। মীওইবগী পুন্সিদা তুংকোইবা অওইবা অমা পীতুনা হিংবদা অহেনবা মচু অমা হাপকৎলি। মীগী থম্মোয়বু পাকথোকহল্লে।

মতাসিগী শৈরেংগী মশক অমনা কবিগী মখুৎনা লাম্বা ফংবা হৌজিক হৌজিকমক ওইরিবা, থোকলিবা থৌদোকশিংগা শিংন-বনি। মখোয়গী শৈরেংগী হৌফম মরুদি অহানবা মীনা থাদা থুংবনি, মশক নাইবা লৈবাক্কী মী হাৎনবগী থৌশিল্লি, নাইতোম খাইবুং তারকপা ইমুং মনুং অমস্থুং রাজনীতিগী মরীনি। মখোয়না অমম্বদা কম্না মাতুনা থিরিবসি অচম্বা রাফম নত্তে, থাইনদগী হৌতুনা কবিশিংনা মায়োক্লতুনা লাকপদা লুরবা

১ মসিনা ঐগী অরোইবা রানি

হীরমশিংদা শৈশক কয়া পুথোক্তুনা মখোয়গী রাখল চাংয়েংবনি, শিবগা নুপা থোক্না মায়োক্নবসি তঙাইফদবনি, মীওইবগী অরাবা মশক অমা হোংদোক্কনা য়াদে উংপনি। মীওইবগী পুন্সিগা কলাগা অনীগী মরক্তা লৈবা অহোবা, কলাবু ফাগী ওইনা মীনা লৌরিবা, মেনাশিন্নবা অংতা ওইনা পুনশিন্নবা হোৎনবনি। থিবদা লুরিবা অমসুং নুংঙাইরিবদি, চহি নিফু য়াঙ্খে হৌখ্রনা কলি অচৌবশিংগা য়াওন্নদুনা লৈরকলবা মখোয়না ইথোক্কপদি মং-হাদগীসু হেন্না ঙকই, মহৌশাগী রাংমদা লৈবা লাই-তীলগী রারী মাল্লি। কুনশুবা শতাব্দগী তঙখায়দগী হৌদুনা ঙসি ঙসিন্নক ইরিবা কবিশিংনা হোৎনরিবসি অকনবা লাল অমনি; পরমপ-রাগী নাওশু না য়োক্তুনা চাও ক্রনা লৈথাক্না ভানা য়াবা অনৌবা শৈশক অমা পুথোকপা হায়বসি তরাই তরাইবা থবক নত্তে।

মতম অসিগী কবিগী মিংয়েংদা, রাখল অমসুং থম্মোয়গী ইচ্ছলদা, মনুং হুঞ্জিন্না উরিবদি মাগী মনুং অমসুং মপালগী পৃথিবী অনা তোংঙান তোংঙান তারকপা অসিনি। নুংদা লৈবা তাইবংগা, পান্দা লৈবা হকচাংথেংনরিবা মীনা ওইহল্লিবা অকায়বা মশক কয়াগা লে-তানা পুনশিনবা ঙমদবগী অরাবা অমা ওসিগী কবিশিংনা মাগী মাগী মিৎয়েং, মরনাইগী ওইবা মওংদা ফোঙদোকই—শা-ঙা, উচেক, ঋতুগী মশক, এরোপ্লেন, গাড়ীগী ইঞ্জিন কয়ানা রাখলগী শকলোন পুথুনা। মীয়ামগী পুন্সিগী মায়োক্তা লেপ্পা তারকই, হিংমিন্নরবসু রাখলদদি নাইতোম তারকই। পুন্সিগী মায়াইগা খুদিংদা অক্নগীদমক মুক্রবা শিংনবা তারকই, ফোঙদোকপা তারকই, নৎত্রেনদি হিংললসু অশিনগুম লৈবা তাই। কার্ল শাপিং-রোনা হায়, মী অমা ওইনদি মহাক্তি মরুদা মশামক্তি, জাং মান্নবা খেন্নবগী রাংমদা মহাক লৈ, মহাক্কী নুংগী পুন্সিনা জিউ (the Jew) অমা ওইবগী মূর্ত্তিদু হিংলমসু। অচৌবা থরাংগী নুংগী ওইবা পুন্সিগী মশকনি; অন্তরজাৎতিগী ওইবা কবিনি; অচৌবা মানবতা অমনি। ধর্ম্মগী অচৌবা পল থুগায়বা পাম্মকপসি

মতমসিগী কবিশিংগী তপথদ্রবা লাঞ্জং অমনি। রাজনীতি, অর্থ-নীতি, সমাজনীতিদস্থ অতুমকনি। রারবা মীওইবা জাৎতিগী মীচংদা ইচংথৌনা লেপ্তুনা যুগসিগী কবিনা মবুকথোক্কী ওইবা রাখলগী দান তৌরি। ঐখোয়গী মনিপুরী সাহিত্যদস্থ ঙসিগী সমস্যাশিংগী লায়থুং কোক্লবা হোৎনবদা ঐখোয়গী কবিশিংনা শরুক চপ্ চানা য়ারি। শ্রীনীলকান্তনা চোংথোক্লকই, পেম্না হায়,

> হোংদেদকো ইমা নহাক্কী শকফম চহি ২৪ চুপ্পসি
> হোংদেদকো নচাশিংগী থম্মোয়সি
> রাজনীতিগী তুক্কচরবা মোৎলবা নমথীরবা শাজৎসি
> ইমাবু নমথাক তৌবসি।
>
> (মনিরপুর ১৯৭৩, তীর্থ যাত্রা)

কার্ল শাপিরোগী মিৎয়েংদা শ্রীবীরেন্না ইচংথৌনা হায়দোকই, মাগী নুংদা লৈবা ধর্ম্মগী কমপ্লেক্স মমি শেংনা তাই। মহাক্না হায়রি—

> ঐ লাইনিং লৌদে
> ঐগী ধর্ম্ম লৈতে।
> ঈশ্বর হায়বসি ভাবনা শাবনি,
> ঈশ্বরগী ৱারী পুন্নমক
> নুংঙাইরবা উপন্যাসকী ৱারীনি।
>
> (ঐ লাইমিং লৌদে, মণিপুরী শৈরেং)

ঙসি মণিপুরী সমাজদা মী পুন্নমক অনম-অহা চুরকপা, মোরেল কারার্ড ওইরকপা ফোংদোক্তুনা শ্রী সমরেন্দ্রনা শাগৎলি ইতেন তেম্না ফজবা শৈরেং খরা— 'কোন্নুং কাং তুবদা', 'কৈশামপাৎ'। মহাক্না শকই,

মুপী অমনা কপই মরোন্দি থোক্কে

অহল অমনা হায়জৈ কনানস্থু তাবিদে
লোইনমক হায় ঐদি খণ্ডদে ঐদি খণ্ডদে
খণ্ডদে কনাস্থু খণ্ডদে
উরবস্থু উদে।

('কোন্নুং কাং তুবদা')

মণিপুরদা লৈবা মী কাংবু অসিগী অপুনবা পুন্সিগী মশক অমদি ওন্সিমক হিংলবা অমস্থুং ইরিবা মীনকেতন,শীতলজিৎ, তোংব্রা, ইবোপিশক, ইবোমচা, মধুবীর, বীরমণি অমদি থুপশিন্না কবি-শিংগী মিৎয়েং, রাখল, ফিলং থিগৎলগা লেপ্পা ওম্মগানি। এজরা পাউণ্ড (Ezra Paund) না হায়খি, "Poets are the antennae of the race" ইংরাজীগী 'মোর্ডন এজ'গী মতুং তারকপদা হৌজিক হৌজিক শৈরেংগী ফিরেপ করি ওইরি হায়বসিদা রাহি অমা অনাদং হংগৎচবনি; মতম কুইনা পাবা, থিজিনবা, সাহিত্যগী খোঙ্গুল লিজক্লবা পুন্সাগী মমি অমতং নোংথাংগী শান্থুসদা উৎচবানি।

লোইশিনজবা হায়জনিংই, চহি ২০ মুক্কী মন্নুংদা ইবা শৈরেং খরা পুনশিল্লগা ঐগী অনিশুবা শৈরেংগী লাইরিক অসি ফোংজবনি। তরেৎ তগ্রা খল্লগা, করিদগীনো হায়ফমস্থু খণ্ডদে, মমিং থোল্লি 'মসিনা ঐগী অরোইবা রানি'। রেডিও অমস্থুং চেফোংশিংদা পুথোকশিন্নবা শৈরেং খরা য়াওই; লাইরিকসিদা হাপ্লবা য়াথং পীবিবগীদমক মরালৈনবা মীওইশিংদা তৌবিমল খুদবা উৎচরি। ঐগীদি শৈরেং অরাম্বা সাওশিন্নবনি, থিগৎপদা ফংবা খরা, নৌনা ইবা খরা পুনশিন্দুনা লাইরিকসি শাবনি। তৌগী-দি হৌজিক হৌজিমক্কী ওইবা যুগসিগী মাগী নুংদা লৈবা পুন্সিগী মশক শাগৎচবা পাম্বনি। মায়গৈসিদা কয়াম্না চংশিনবা ওস্বা হায়বসিদি অপাবা মীশিংনা লেপ্পা তাবনি।

ইম্ফাল, আগষ্ট ২১, ১৯৯২ শ্রীপদ্মকুমার সিংহ

# মসিনা ঐগী অরোইবা ৱানি

নোংমদি কদাইদগীনো উনখি
নংগা ইথা থাজদনা ঙংখিল পোবোম্বা
লম্বীদা মী-পোং চংপা কান্নবা তাল্লন্তা।
নংনা ঐঙোন্দা য়েংখি—
থজদনা উনবগী নিংয়েংদা,
মায়থোংদা ৱাইচিনবগী মমি অমদি উখিং
ঐসু য়েংখি ইচক ওক্না নংঙোন্দা।

পুন্সিগা অমম্বা ঈপাক্তা
মিংকুপ অতুনা মাথি ফোংখি হন্না হন্না,
লাই শারতুনা মমিং খঙদবা ৱাখল কয়ানা।
হন্দক্কী মপোক্কা অহানবা উনবনি
অতুবু অমম্বদা করিগুম্বা অমা থেংনবগুম
নংগী অনৌবা নশক উরুবদা লকান্নুংদা ফাওখি
থাজদনা কাওরুরবা পোং অমা নীংশিলকপা ওম

### শকখঙদবা নং হেক উরুবদা

অরিবা মংলান অমা লাংঙোন লাল্লা
মংফাওনরবগুম খল্লকই করি করিগুম্বদা।
অমুকস্তু খন্দোকই মিত্রংনি
পামজরুবগী অতুক খঞ্জবনি
মথাই থাইনগী লৈ নাচোমবু
কদায়দগী মনম চেত্তুগবনো ঙসিবু।

### শক খঙনবা মীয়াম মরকসিদা

ইঙক ঙকখি ঐ নংবু হেক উবা নিংকুপ্পদা,
মসিমস্তু অওইবনি নংস্তু ঙকখি ঐবু উরগা।
ঐনা অঙাওবগা ওইরম্লবদি
কৌরনগানি হায়রনগানি করিগুম্বা খরদি।
থৈদোক্তনা চংখি নংনা ইকোই কোইনা।
ঐস্তু চংখি নংগী ফিজী-ফিনাগী শক্তম ফংদনা॥

### মী চিক্রবা অহিংদা

থাবলনা লেং-লেং চংলবা অাংলোদা
ব্লারক-উরক্তা থাবলনা মফুৎ মফুৎ থোকপা য়েংলিঙৈ,
অথেংবা অহিংগী মলয়াগী ইচ্চল ফংবদা
অকংবা উনা-ব্লানানা শ্রোং-শ্রোং লেঙ্বদা
হাংফেং খংই নাক-য়েন্তা য়েংই !
ঐগী থম্মোয়দা কয়াদা নকখ্রবা নংসে !

### অয়ুক্কী মঙালগা লোয়ননা

নোংমস্তু ফুঙ, ফাওরকখি ইথা থাজদনা
লেপলখি শুমাং মতোন্দা মঙ্গুমনা নংনা,

লম্বাংদা হৌবা বংফাল ইকাইথবীগুম
মমুন কারবা খুজং মহৈগুম
করিনো খঙদে ফমথাখি নং ঐবু উবমক্তা
থিনখি নংগী মায়থোং অয়ুক্কী ঙাঙ্লানবা মচুদা

হৈনি-নৈনি হায়রুনা পং থক্তুনা
চাবা চিনবম্ব হেক য়াবা নত্তা,
কদোমদগী লাক্লুনা ইথা থাজদনা
অঙেইবা ওইনা পূম্বরিবা পুন্নিদা ?
নং-হানা শোকলবা য়াবা নত্তে
তাইবং মীগী অশেংবা কুম্মৈদা —
অঙাংদা হাপাংদোনা ফমখি মাঙদা
ইকাই-ইকি বাংমা লান্দুনা ইচাও চাওনা।

অনন্ত-তাঙান শিন্নবা মতমদা নোংঙাল্লমদাইগী
মংগী নাশোম ও নং,
অশেং অশেংনা ঐবু পোখি নংনা
থংশিনবা নকম অনিদা ময়েক শেংনা,
মিংনা পুন্নমক শিংখি
পুন্সিগী ভাংলবা মশক অমা উখি ;
বাঁশী খুজিগী পুক্রিং হুবা হুরনা
থম্মোয়মু ফক্তুনা পুখি ব্রজ বৃন্দাবন্দা।

শন্না অমনা থোং ওইরবা
শন্না অমনা পামবে ওইরবা
অরোই অরোইনা মাংইবগী পুন্সি খোঙচত্তা
নংগা তুমিন্না নোংমতং যনিনখিবদো —


মণিনা ঐগী অরোইবা বানি।

পোকপা শিবগী রাংমা লান্দুনা,
অথুপ্পা মিৎয়েং ওমতং মুংশিবগী
লোন্না উখিবদো অশোনবা মিৎকুপ্পা নংগী,
ঐ থাজৈ, মসিনা ঐগী অরোইবা রানি।

এপ্রিল, ১৯৯২

## উচেক মচা ঙমগী শঙ্লান

মী মচা ঙাক্তনি ঐখোয়
ইপা ইত্তোল লোইনমক,
মখোয়না ঐঙোন্দা য়েংই
ঐবুদি উবিদে, উরবসু খঙদে;
মখোয়না উরিবদি শুম্বগী মখোয়তনি।
পীকথু্বা পোন মনুংদা ফাজিন্দুনা থম্বাববা
পীকথু্বা উচেক মচা অমনা

হন্না হন্না য়েংজৈ নিংবা কায়না,
মপাল নাইদ্রবা অশংবা অতিয়াদা
মাগুম্বা মমান্নবা উচেকশিংনা
মনিং তম্না পাইবত্থু মাশা ফন্দোক্লনা,
মচু তরেৎকী চুমথাংগী মতোন খেন্ডনা।
মঙ, মঙজৈ মমিৎ উইশিন্দুনাঃ
উই মমান্নবা উচেকশিংনা
সমুদ্র তরেৎকী অচৌ অচৌবা
ঈশিং থকপদো খবোম থন্না।
হিঙ্গোল মতোন্দা নৈবা পৃথ্বী মচা
চংবী লাগী তাঙ্গগুম নিংথিজবা
লিক্লাই মহীগুম্বা লাইজানা নিক-নিক লাওবা
পাইবা ওমহৌদে নোংমতত্থু লান্দুনা,
য়েংজনিংথি মহাকত্থু মাগী মমিনা
লূরবা ঈনায়দা লংনা তাবাদো।

আগষ্ট, ১৯৯২

## হিংদবা য়াদে ভারততি, ঐ শিরবনু

Burning burning burning burning

—T. S. Eliot 'The Fire Sermon'

নুমিৎতুগী মৈদো উনগুম ইংলে ঙসিদি
নুমিৎতুগী ঈদো ঈশিং ওইরে ঙসিদি
মতম! মতম! হে মতম!
নংগী ইচেলনুংদা চেনখ্রবা
পীক্লবা বিন্দু অমদি অরাবগী
মাঙখ্রে লুপখিত্নুনা নোংমা নোংমগী;
ইশা পান্দুনা পাইনিংই ঙাইহাক্তং
হৌখ্রবা পুঙজাদা হনগৎনা তমুক্তং,
উনমুক চিক্রবা থেঙখ্রবা অহিং অচুদা
মপুরোইবগী শিরবা মশাবু কোন্দুনা রত্নাবলীনা
অহিং লেনখিবা অশিবা মীয়ামগী মরক্তা
জালিয়ানবালা বাগতা, চীংনুংগী সনা লোক্তুদা,
ফোঙদোকনিংই ঐনা বাহৈ তমতং
সতীগী নাপদা থরায় শোকনা।

মহাজাতী অসিগী ইতিহাসতা
শরু-শোন্নবিদনা পং-পুমহুনা মাঙথ্রবা
মখোয়গী রাখলদা ঙাইহাক মাঙনুই ঐনা
পামজরুই তিনজবা মখোয়গী মরক্তা।
হায়জনিংই ঐস্থ লাইবক ফবা মখোয়গুম্না
হিংদবা য়াদে ভারততি, ঐ শিরবস্থ।
ঈনাদি কেনজসনু, লেঙবা য়ারোই মঙদি
য়াক্ট ঐবু মঙহনবদি, ঙমলোই মায়থীবা পীবদি
কয়া কয়ানো ফা-পুন্দুনা লাকখিবা
কৈশুম শঙদা ঙৌহনা থমখিবা
লালা লাজপাত রায়, চন্দ্রশেখর আজাদ
ভাগত সিংহ, ক্ষুদিরাম, সূর্যসেন
কৈনা ফৃহুনা হাংখিবনি, গুলিনা কাপ্পুনা হাংখিবনি
ফাঁশী তৌহুনা হাংখিবনি, পন্দোল লোম্না রাখিবনি
অহবু কননা মুথংপা ঙমখিবগে মৈরীহু মখোয়গী থৱায়গী ?

লেপখি লম্বোইবা অমস্থ ফিজেং-ফিগায় শেত্তুনা
য়েংনখি পৃথিবীনা মূর্তিহুদা ময়া কানা,
লোইবীনি মরু তাখ্রবা সভাগী নৈমায়দা
সনা খোংনাংনি শেংলবা গয়াগী
মৈবুলনি লংলবা ভারত সংস্কৃতিগী
মরু লুকখি মাগী মমাঙদা
মায়থীবা ফংহুনা হিমালয় চীংজাও।
চোংথোকখি নুপা অমস্থ মরীল খারবা
নোংলৈ নুংশিংনি বঙ্গ উপসাগরদগী হৌখিবা
নোংশানি নুংথিল পোবোপ্পা ঈখেং থিখিবা,

 মসিনা ঐগী অরোইবা রানি।

মাগী খোঞ্জেল তাবদা মিৎকপ থোকখিবা ভারতমচা
মাগী জয়গানগী খোল্লাওদা
ওইগী লমদাং ওইবীশিংনা খ্বাংজেৎ মচি লাংখিবা
লানফমদা হরাওনা মথল্লায় কৎখিবা।

কাওরোই কাওরোই কাওরোই
ভারত অতিয়া মগুলদা মঙাল-মশেক ফাওরমদাই
মকোই-নুংঙোল চাংনা মমাংদা খল্লরবা মতমদা
অরোইবা মিৎয়েংনা য়েংলদুনা
কবিনা শোনখি মমিং উইশিল্লমদাইদা—
নোংদম্বগী চক্রবু থিংবা ঙগনি কনানা
অঙৌবা শামায় লৈশ্লগনি মংকাওনরগনি মংলান্দো।
খন্ন খল্লরগা থোইনা হেন্না নুংঙোল্লি
লোইবা চাংগী কাচিন্দা তোমথিন শাংপী ইঙেনলৈ
কৈশুম শঙদা শাংতুনা পুন্সি লৈমল চনখিবা
মাগী কোলোয় নুংশিবা য়াওদ্রবদি লৈম-নিংথোগী ৱারীদা
মরীক চুমদে মপুং ফাদে জাতিগী ইতিহাস।
[illegible]শিং নীংশিল্লরগা থাপী মৈরী হৌরকই
লাইবকগীবা পাঙদ্রবা ঐস্থ হায়জনিংই
হিংদবা য়াদে ভারততি, ঐ শিরবস্থ!

ফেব্রুৱারী, ১৯৮২

## নাইতোম তারকপা

নুংশিথ্রবা মালেমসে
ফজথ্রবা তাইবংমীগী মশাইগোলসে
মচেং মচেং শেগায়হুনা
হেক তোকইদা ঙসিদি !
নোংমতা থেংনখিদে অয়ুক য়াহৌরকপদা
ঐবু হেক পোকপা পন্থৌদো
লবুক্তা চংখি, উ য়ানবা চংখি,
লংফৈ চংখিবা থা ফারে ;
নোংমা নিনী য়ুমদা লৈবদা
য়ুমলোন্নবা ইমান্নবগী মপাগুম
মখুং পায়হুনা মতুং ইনখি
নুংঙাইবনা শোরারেল কাখি ।
ঐবু পোকপী ইমাসু
নোংঙানবগা ঙা লৌবা চংখি
খুম্মোক নিংথৈ কোকথোং নাহুনা,
করিগুম্বদা উখি য়ুমদা হল্লকপা
হুমাংনা কোরী চেন্দুনা
মসিনা ঐগী অরোইবা রানি ।

মখোঙ, তিংথোক্লুনা ফম্বা মাঙ্গোলদা।
ঐসু চৌত্রী থোংতুনা চাখি
অতুক কুইনা স্কুল কারকপদো।
নুংথিলসু কৈথেদা ইমাদি,
মশক উগে নোংমতা ফংদে।
ঐনা নুংতিগী উবদি
পম্মৌগী ফমজাও মথক্তা
পিদাই-খমদাইবীনা লংন-লংননা
মিৎফম হোংবা ঙমদ্রবা
কৈথেল লাইরেম্বীগী মূর্ত্তিনি,
তল শামুনি
থমচেংনি লেমফুনি লালুনি।
পান্তৌ মানবা ইপাও!
পালেম শকপী ইমাও!
নখোয়না খঙদবগী তৌবনি
ঐখোয় পূন্নমক শোরারেন্দগী ফন চোংথরকপনি;
পামেল কাচি কারোংদা
খয়াং লাউনা কাথোক্লুনা
চগেম্মা পুক থনখিবা কনানা নীংশিংগনি?
নুংশি চাউবা কনা লৈরি ঙসিবু?
ইমা, ওইনমখিদ্রেদা নচা রাজনীতি রালাশিংসে।
ঐদি পামজদে ইমা!
মতমসিগী মীগী মমাং থাজনা চৎপসু
পামজদেনে মতুং ইনবসু
চাওমন্দুনা কোনবা থুংগদবা মানদে।

জানুয়ারি, ১৯৯২

# লাল হঞ্জিল্লকপদা

I summon up rememberance of things past.
— William Shakespeare

( ১ )

মীগী মিয়েংদা কনানসু ঐবু উখিদে
ঐনা উরিবসু মরীক অমত্তনি ইশাগী।
অকাম-খুনাম পামজবা মীগুম
কনা কনাগুম্বনসু খল্লমগনি ঐবু।
ঐনা ইরিনসি ইপু ইবেন্না লাবিখিবা
নিংথৌ মচা মন্ত্রি মচা
নিংথৌগী মচানুপী রাজকন্যাগী ৱারী নত্তে
পু-পাং শুদবা নুপীমচা অমগী ৱারীনি।

অচাংগী পুন্সি তুংগুইনা
নহাগী চুমথাং মচুগী পুন্সিদা
ইখি পুন্সিগী ময়েক ফজ ফজবা

১৬ মসিনা ঐগী অরোইবা ৱানি।

সনাগী মুক্তা তরং তরং।
অয়ুক অতুগী মচুদি
তশেংনা েহাও লৈরেন মচুনি।
মতম অতুগী ইম্ফাল সহরদি
য়েংবদা নুংশিবা অমা পেকখি
ফিজেং লৈতেংদবী নুপী া মশকনি।
থরো থম্বালনা মকা লান্না হৌবা পুখ্রী
লুপ্পা কুপ্পুনা ইমোং মোংনা লৈরম্মী।
ঐখোয়গী পুখ্রী অচৌবা মপান্দা
অহানবা উনখি ইথা থাজদনা,
মাগী খোঞ্জেল তাখি ইহান হান্না,
অহানবা শকখঙনবা নুমিংনি নুংঙাইরবা
মী-পোং হন্না য়েংবদা উদ্রবা লক্মাংদা।
মরূপ লৈতে লেঙ্গোন্নতুনা চংমিন্ননবা
ঐখোয়গী লৈকায়দা ইমুং অনীতনি
নুমিং তাখ্রবদি উনমুক চিকই
লাইনা তম্না অমদি লাকই।
তায়ক চুপ্পা শান্নবদা
মপু লৈতবা ভহাঙবা হুমদা
নুমিংনা করেংচাক য়ংখিবা খঙখিদে,
শাংখ্রবা কালেনগী নুংখিলদ্রে
নুমিংনা ময়ুম চংখিবা ভাক্তনি পেলহৌদনা।
পীকখ্রবা তাইবংমী অনীনা
মালেমগী কাচিন ভমদা
পেকপা শিবা, উনবা কায়নবা খঙদনা

মসিনা ঐগী অরোইবা লানি

মতমগী ৱাংমদা শান্নখি চেন-চোংতুনা
নিংতম্না হৱাওনা।

অয়েকপা লাইগুম শংশংনা উরি
তরং তরংবা তনিক তনিকপা
উনা মরক্তা, উথক্তা লেপ্তুনা নোংমদি
নুমদাংৱাইরমগী নুংশিরবা মতমদা
নোকফেং নোকফেং তৌদুনা
লংলবা য়াতোন উংতুনা
মহাক্না হায়খি ঐডোন্দা—
'নং হেকপীগেরা নৈহাও?'
লাইনা শাবদা মতা চারুতুনা
য়েংবদা মিৎযম হোংনিংদবা,
নোংমা-নিনী নাতুনা ফমুংদা ইপ্পদা
মতুনা খোইনা ফজবা,
'হুয়েংদি ঐ ফরনি' হায়তুনা
ঐডোন্দা ফল্লপ ফল্লপ য়েংখিবা;
মোমোন নোকচখি থম্মোয়না
তুংগী নুংঙাইরবা মংলান মতেক অমদা।
অয়ুক্কী লীক্লাগুম লুরবী
মিৎম্না অনীগী লাংদা থুডুনা
মিংকুপ অমতং শারোন্দা ঙাওবদি,
অঙাংগী খোঞ্জেলগুম থুমলবা
মাগী য়ারা ভাবদা
খঙহৌদনা পুক্নিংদা অনৌবা ঋতু থেংনবদি
ওইগী লমদাংগী মপোক্কী ললনি

অমুবা লৈচিন্দগী লিংথোরকপা থাগী মশেংক্কি
থম্মোয়ঙ্গা অইংবা পীবা পুন্সিগী ইফুৎনি
লৈপাকলৈনি কালেনগী মৈমুংদগী থিনগংলকপী

## ( ২ )

কালেন নিফু হৌখরে
অতুবু ঐনা উবা ঙমদে
মিং উইশিন্দুনা য়েংবদা
মাগী অহল উইশিল্লবা মায়থোং,
ইনৌতা নৌনা উরি ঙশিন্থ্রে
হেকপদা ভাইরিবা পোমশাংনবা নাগেশ্বরশুন।
তুঙ-উগী মূত্তিদা লৈসি-লৈথোনবা নত্তে
ইমাংমক্তদা নোংমা লেপখিবা
করিশুম্বা শিগ্নবস্থু, শিররোইদবা মহাক্কি।
লীক্লানা চোংলবা মালিকাশুম
তংখায় অমা নোক, তংখায় অমা কপ,
মিংয়েং অতুনি অরোইবা নুমিংকা
ঐগী থম্মোয়দা তুঙতুনা লৈরিবা
নুমদাংবাইগী নাইতোম থোকপা থাবাশুন।
মাগী রাহৈ তাবদা—
'ঐখোয় হয়েং চৎলনি, কাংপোকপীদা'
ঐ করিনো হায়কম খঙখিদে নুমিতদি,
তাখি মতমতুদা সন্ধ্যাতাগী খোঞ্জেলস্থু,
নৈতুনা লৈখি মাগী রাহৈতু
ঐগী লকান্নুংদা খোম্থাং য়ৈতুনা।

অরোইবা উনবনি মতাংগুম
তরং হৌরবা মিংম্না অনীনা
য়েংহুনা লৈখি মিংকম হোংদনা ঐজোন্দা।
মিংকুপ অমদি ঐ তশেংনা মাঙ্খই
খোইনীংগুম কুরাংগু মপাল হুঙংবদা তোংবা
পাপ পুণ্যগী লৈই লান্নুনা।

( ৩ )

মাগী কোটৈ অনতং লৈহৌরবদি
পুথোক্নুনা হমুক্‌ং য়েংলবদি
মোংঙাল্লমদাইগী চিক্রবা মতমসিদা
লৈখাও চারবা পৃথিমসে
অমুক ইনৌ নৌংথারক্কদবা মাল্লি!
অথেংবা অহিংদা নোং মুংশিং মরক্তা
অজৌবা চারনা চোইজাইনবা শম্মাং কুপ্পনা
নশা পুংএক পুমচোং চোৎনা
ঐঙন্দা শংদ্রিক য়েংহুনা লৈবা উরংমী।
মিংকপ থোরকপদা মুশিং শিংলন্মী
মংগী অইংগা ইশম শন্নহুনা
ঙাইতাক ঙাওরই শুন্দা তাওহুনা।
অহিংহুগী কাইদাগা তুইখোল নত্তনা তাদ্রবা
মংদা উরামলিবা কুইনা উখিদ্রবা মশক্তুগা
নোং ঙানখিগদবা থোইনা পাম্মই।
গম্মোয়দা কিশি কিহুনা থমগ্রবা
মুংশি মুংশিবা থৌদোক কয়া নীংশিংলিউ

 মসিনা ঐগী অরোইবা বানি।

পরেং অমা অনীদং ইহৌনিংই
মহাক্কী মরমদা করিগুম্বা খরদং ইখুৎমক্কা।
নত্তে মহাক্কি গেরুরা শেংপী,
নত্তে মহাক্কি অগ্নি পরিক্ষা লৌখ্রবী,
মমা-মচেন ওক্কবীনা লুকমায়দা হাপ্তুনা।
অমোংপা গরিদা নমজুনা য়োম্ভোকখ্রবা
সমাজ অসিগী চন্নুনি।
পোকপা শিবা অনীনা
মখা চিক্নুনা মায়োক্নুনা লেপ্তুনা
থৌরা চিংনহুন। নৈরবা মীগী মপোক্তা
উনখিবনি মহাকপু কুম্মংনা নাদ চিল্লিদৈ;
অহুবু, মহাক্কি শিখিবা কুইরে চংনা চংনা।
পুন্সিগী লংলবা মঙালবু
নিংকুপ অমদা হুৎ মুশিন্দুনা,
চেৎনা শেংপা চরৈগী কিরৈ নাক্তেক্নুনা তাখিবা,
নুতুংগী শঙ্খল-কিশি থোক্নুনা শন্নাংনা কিন্থখিবা;
নিংন্না থম্বাল অনীনা নৈমল চনখিবা,
পুন্সিগী হৈরাং অখোইবা অশি-হৈবোংগুম খনখিবা।
অমঙ্গলগী শুক্রা মমলবা অহিংদা
অখাক-অরাউগা লোয়ননা
তংখায় তানা থারখি তলা পামেজ নিংথিরী।
সমাজগী অচৌবা চক্নদা ফুহুনা
হিংবগী অশেংবা মহাও খঙ্দনা
নৈনা য়োনবগী অমোংপা নৈথেলদা
তাংলবা পুন্সিবু তরেং-শেঙ্গানা শিন্নখি।
খন্নুবদা থম্মোয়সি নিংখায়হুনা কেনখিগদে ই

মহাকসু থম্মোয় অমদি পাল্লিবনি
নীংশিংলমগনি নোংমা ফাদোক্তি
উরমগনি মমং-মহাদা শোয়দনা
মহাক্না লৈরম্বা অমনবা য়ুমজাওদু,
মখোঙ্দা চেন-চেংহনা শান্নখিবা
সনা খোংনাং পান্নীত্তু।
ইন্নুং ভাল্লমদাইগী চিরক্লবা মতমসিদা
তামনা তারিবা শেনবুংগী খোঞ্জেলনা
অতুঙৈগী লাপ্পা তামনা লৈহৌরবা পুন্সিবু
নৌনা মিংকপ থোকহন্দুনা থম্মোয়দা চৈনা অমা ফাওহল্লি,
নিংঙমহৌদে পাম্মুরবা তম্ফা খুদোপ অমা
ফিরৈদগী নানথত্তুনা ভাহৌবা খঙহৌদনা।
শেংলবা চন্দ্র নিংথোল অমনা
পুন্সিগী অহানবা রাশক পুন্নমক থাদোক্লুনা,
সমাজগী অমোংপা কাচিন অমদা
শান্জেনা ফদুনা জগোয় শাখিবা
ঙসিদি হৈনবী ওইদুনা হিংলিবা;
নিংঙমদে থবু থব্লরগা মৈরি থোক্লা শাওনিংই!
লৈকায় অসিদা লৈরম্বনি, ঐখোয়গী ইরক্তা চাওখিদনি,
নোংমা ফাদোক্লা ওইরবসু
লৈ অমতং পীবদা খুৎথেংননা লৌদুনা
হরাও হরাও চিনখিবনি; হৈ অমতং লৈবদা
মখুৎমকনা মেত্তুনা ঐঙোন্দা পীজখিবনি,
কাওগদবা লৈতে মৈতান্না রাখৈদ্রিমখৈ।

এপ্রিল, ১৯৯২

২২ নসিনা ঐগী অরোইবা রানি।

# মীওইবসি অসুম মানশিল্লক্তা

'Only the poem I can never write is true.'

— Davib Gascone

মীওইবসি অসুম মানশিল্লক্তা অসুম মানশিল্লক্তা
নোংমা নোংমগী মানশিল্লক্তা
কৈনোম্নদি তৌরক্কদৌরি ।
খ্বজিল শাংহন্নরক্রে শম ককনরক্তে
কোই হওকপা কংনা চোমহন্নরকলে
হান্নগী শক্তু পামদ্রে ফজবগী শায়োন তেংলে ।
লম্বাদা মী উনরক্তে উরবস্তু কৌনরক্তে
মমৈ মহৈ পাওচক্তা চৎনৈ তহা তহা
মিরাংগী পম্মুং য়োনবা ।
কৈরোল-লৈকাই চাকচা হৈজানবা পঙনা ঊদ্রে
নুমদাং পার্টি কন্না চংনরকলে
নোংচুপ থোঙ, লাউনা হাংদোক্রে ।

মসিনা ঐগী অরোইবা রানি ।

বিজ্ঞানগী যুগসিদা নুমিং-থা হুইনা লোইনা চাখ্রে
নোংমাইজিং নুমিং লুহোং-খোঙদোংবা কন্না চংনরকলে।
শোংথম লৈতবা পুকম খঙদবা মীদি লেংদ্রে
শেঙ্গা থুমজা হৈতবা মীদি চরদ্রে
তৈনৈকনা মরায়দা শাকু কন্না চেংহরে।
লাইবংগী ভুংগী মূর্তি ওইরে
কন্নায় করিস্ হায়নদে
থাংনা য়াদ্রে মা হাৎলে
লাই হুরাক্ল হঙাং হাৎলে,
ঙাংং কুমদং লমজউদা রা-রা লাউনখি
থাংনা থিংথি মকোক থুগায়নখি,
ঙসি অয়ুক চেক-মোক লাউনদে
কনায় করিস্ হায়নদে।

( ২ )

ঝেৎনৌগী শগোল তোংতুনা ঐখোয় পুন্নক চাউরকপনি
ঙাংদি নহৈ মহৈ চাউনবনা কোনবা অমগা থুংনরে,
খনাদং থিননবদা অচৌদং পুনবদা
হৈনা ঐ মও য়রে লিংবা মহাকনা নংহদ্রে
সি ঙাকা ঙাংখরে, লাই ভুগা এনখ্রে মা পুন্নমক ঃ
নংগোন নংনাই কোনেক থেঙ্গু
লিংথৌতা তুরেলদা লুপত্রে ইকাইতুনা।

( ৩ )

অকনবা শক্তি অমা দুজিল্লক্রি
মীওইবনু য়োৎকে মথা লাইনা কাথোকুনা

খারৌ লাইরৌ অচোপ-অরেং খঙদনা চেল্লি
হিংগদবা মানশিল্লক্কে মীওইবা।
মুমিৎ-থা কাউরে
মুপীনা লৌবুক্তা ঐনা কারখানাদা
কয়া কয়ানা ইচল ইচা
সহরগী কাচিন কোয়াদা
নালা ময়াদা য়োল্লি
মঙ্-হাদা থোকপগুম য়োল্লি
য়োল্লি পুন্সি য়োল্লি ইজ্জৎ।

ঐখোয় পুন্নমক মতমগী হেলোয়না চেল্লে
হংনা শাবা লাই-তিন মানশিল্লক্কে
পুন্সিগী ভেল্য মাঙখ্রে
তাজমহলগী অহৌবা ইতিহাসকী চেনা অনা মংখ্রে
মিংকী পিরাংতনা শাখিবা ফুড়ক্ত য়েংলগা
ঐখোয়গী লরাইলেমফুদা নেকনা
মী থরনা শাগৎলি মক্তম চাউনা চাউনা
খিনা ঙাংনরগা পৎকদবা নৈতে
অফ-ফংঙাই মখোয়গীনি খন্দনা।

নৈবাকমচাশা! মিত্রং হৈবা কুপানবনি
থবক ফংদবা নহারোল্যু
চরা হেনবা শিন্মাবু
ডাক্তর খানাদা পৎ-পুমলিবা ইচাশিংবু
মুঙ থুগায়বা ইয়াম্বশিংবু
সনা কৈথেলদা নোংঙানবদগী যৌরিবা পলেন মানবী কয়াবু

কনানা নুংশিবীগনি ? গাড়ী চিংবা, ফুদিং খম্নী
লৌবুক্তা কেম্নবী খুঙ্গংগী চনুরাশিংগী পুন্সিবু
তাবি উবিবা কনা নৈবগে ?

হে মীওইবা ! অস্থুম খুজিল্লক
নোংমা নোংমগী পিকশিল্লক
নুংঙৌগী ধুড়াদা য়েংহুনা
রাহোংগী সিংহাসন্দা ঙাওহুনা
মমতাজগী লকান্নুংগী য়ান্না,
থম্মোয়গী মৈচাক নিংথৌরেলগী,
হৌজিকপু কনা নৈরি খঙবিনবা
তাইবংমীগী ভেল্যুবু ?

জুন, ১৯৭৪

# ফাইরেন থাদা ইবা

নোংমদি ঐ ঙবখি !
কনা য়াওদে ইথন্তনি ।

তামনা উই খুনয়াদো
মাঙ-তুং- অকোয়বদা,
চথোক-চংশিন তৌরিবা মীশিং
উখি পিশক পিক্লা অঙাংদৌনা ।

হেক উবদা মিংফম হোংবা য়াদে
লবুক্কী লৈরিনা কুংনা
পোপতেক লৈনা শাভুনা
মাঙ্দা পাক্লা শন্দোকলি ।

ফিরাংজী ফিদাগুম
মচু মচুগী লৈ-না
মরাক ময়ুং চন্দুনা
ফৈদোম ফৈদোম ঙাম্হোইরি ।

লমহাংদা ইথন্তা লেপ্লবস্থ
কনাগুম্বা অমা লোয়নবগুম

থম্মোয়দা অহাঙবা ফাওদে
ফজবগী ফজবা ভাক্তা উবদা
য়ুমদা লৈবগুম উই ঐসি।

মচু মরাং মরাংবা
পিকথবা চেক্লা মচা খরনা
ঐবু লাঙ্গোয় চনখৈরে
মাঙদা থংলি, তুংদা ইল্লি।
ফাওন খুৎ থিংথোক্লবস্থ
খরগী মখৈদা চংথোকই
খক পাইদে লাঙা।

ঐ তুপান্নচানি চাওদ্রিবা
কিন্‌ কিশিল্লকই
করি নত্তৌনো তৌরিবসে!
উচেক্লা ঐবু উশিৎপিদে।

লাই-তিন্না চেনবা মীগুম
ঐ চপ লেপ্পুনা লৈখ,
উখি মুন্দা চনুন লৈবদো
তৌরাগী কাচিন্দা
লৈরাগী নওগুমদা;
উরুবা খুদতা
রাখলগী নশেকদা
শেং কায়না ঙানখি
তুংপাল ফাওনা।

ফেব্রুয়ারী, ১৯৯২

# নোংমা খেবুচাংগী চৌংখোংদা

মেঙলবা ঙসিগী নুমিদাংবাইরমসিদা
অহিংবা মলয়াগী নুংশামপীনা
তুখোং খুদিংদা চংহনা
তেকখংহনখি চোকথরবা ঐগী হকচাং
হিংগৎহনখি থরায় অনৌবা পুন্সি অমদা,
উরি পূন্নমক মচু শংলবা মংগলানগী লৈবাক্কুম
ইংনা তপ্পা লকানুংদা ঙাস্থোক্লকই
খাইবীগী মরুদা লুপ্তুনা লৈখিবা পুন্সিগী অশেংবা মূর্তি

নুংশিদা অহুংঙগী মতমদো !
নুংঙাইবনিদা তঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিদো !
শংশং উরি মণিপুর, থাইনগীঙৈগী মণিপুর
ঐনা য়েকপা পানা মরিগী মেপনা স্কুলগী ফক্লাংদা থেংপদো
অঙৌবা চেনাদা লোইবীগী মশোংনা লিলহাগী জগোয় শাবদো

তরং তরং উরাই ঙসিদি খেবুচাংবু উরুবদা খংহৌদনা।
হুংঙইনা তুম্লবদগী হৌয়ৎলকপগুম

খোয়রাং খোয়শাওনদ্রে ঙসিদি
ৱেষ্টর্ন্ ম্যুজিক তাদ্রে
ফিল্ম সোংনা নিন্দ্রে
নংগী খোঞ্জেলসে ঙসিদি ইদেম্মা !
থুমলে মমুন ফারবা হৈরাংগুম ।

অচিকপদা লাই লৈ —
নীংশিংলকই নুংশি নুংশিরবা ৱারী-ৱাখোং
কাওরবরা নংবু অতুঙৈগী কৈথেল লাইরেম্বী
লমদা শজীবুগী নুংশিরবা মতমদা
ঙাংশং ঙংলবা নুমিৎনা নোংচুপ চাংদোন্দগী
য়েংঙকপদো উরূ উরূ লৈতুনা —

পলেম মানবীশিংদা ফিঙৌ ইনবী,
ফিক্কক চেংবোন মাঙদা থা
ঙান্থোইরিবা অশংবা নাপীগী লম্ফাক্তা
শম্নাংগী তাবুলনা তাঙজগী শাথেক লৌতুনা,
মঙালনা ঈথক কাবনি, মচুনা ইপোম হৌবনি
খ্বাইরম্বল কৈথেলদো অতুঙৈগী ;
অশেংবা মঙনি তাইবংপান্দা মঙখিবা
মঙদা মঙ ওইরে ঙসিদি !

লমদা থাগী পূর্ণিমদা কুমগী য়াওশংদা
থাবলগী মশেক্না মালেম শেং কায়না ঙানবদা
খ্বাই য়াইস্কুল থুরাই ৱাংখৈ লাম্না
অথেংবা অহিংদা শাবী-শানৌশিংগী খোঞ্জেলনা
থাপ্না তাম্না তাবদো মালং পোইরৈ তুংইন্না

 মসিনা ঐগী অরোইবা ৱানি ।

পুক্লিং হূনা নুংশিবনি, মতমতুগী কুম্মেদো

থম্মোয় লাইয়ুমদা কিশি কিতুনা থমগ্রবনি

থাইনগী লৈরাংনি মল্‌ল মল্‌ল লৈনুংশি।

উরীরৈ চরোংনা নাপদা জুম-জুম থেৎতুনা

লৈশাবী পরেংনা মাঙদা ফমতুনা

শজীবুগী পেনা তাবদি

সুরগী দোলাই তোংতুনা লাক্টরৈবাক্তা চৎপনি

মমং অনী শুফদে ৱাখল পৌরোল থাবনি

থাংজীং লাইকোন্দা সতীগী খোঙ্গুল লীবনি।

কয়াদা নুংশিগ্রবা লোইবীসিগী কোলোয়না !

পম্মৌগী চাকঙাই ৱারীদা হন্না তাবগী পেন্দ্রবা

থাবাতোন নুংশিবী মবুং তরেংকী থৱায় ওইরিবা

অওং-অউন তম্নবা নাচৈ-য়েৎপূ খাঙখিবা ;

অমনা, চীংশাং খোম্বা হাকতক্তা

থোটু নুংপাক্তা লেপ্তুনা তীমেলগী খেন য়েংখিবা।

নংগা ফমিন্নতুনা লোইবীগী মশক য়েংলিঙৈ

অমুক হন্নকনি থাজদ্রবা মাগী মশাইগোন থাদোক্রিঙৈ

ৱা অমদি হায়গে চেৎনা থাজ্জবা ঐনা

লোইবীসিগুম ৱাংলমই মতম অমদি মণিপুর,

অতুবু ঙসিদি করি লৈরৈ য়েংনিংঙাই—

তানিংঙাই ৱারী পাম্মুৱবা তাইবংমীগী পুন্সিগী মমল তকপ: ?

ওক্তোবর, ১৯৮৮

## মিৎকুপ অমতং উরুবা

সনাগী কৈরাক থাহনা
মহৎ খিবনি নোংমা মকমসিদা
চাংতুংগী সনা লোক্তগী
চমথাংগী মঙালগা লোয়নননা।

থানিং লিশিং অমনি
পাক্লিংগী অতিয়াদা থোকখিবা
নোংমতা মাল্লদনখি,
চাংদোক্লদু উদনখি
উমাংদদু থেংনখি
লৈচিল্লক্লগীদু শাগোক্লকখি
কহি ভুমদদু খাংহৌদনা,
ইনোদা নৌমা উখি
মতম চুপ্পা নহাদা ইথই থইনা।

ঐনা থাজি নপোলসে
হাইবা মরুদা নৈবনি,

 মসিনা ঐগী অরোইবা বানি।

হন্দক মপোক লৈরাংসে
নংগী নশেক্তা শাৎপনি।

ঐনা থাজৈ উরক্কনি
পোকপদগী উদ্রিবা
অশেংবা মঙাল অমনা
মালেমসি ইনৌ নৌইহল্লহুনা ঃ
অশং-অমান পুন্নমক
তরং তরং তঙাং তঙাং
লেঙ্‌-লেঙ্‌ চহ্লুনা
ইনিল থোক্তবা মালংগী ইহুল্দা।

শকউদবা কনাগুম্বা অমগী লীচিংনা
শকখঙদবা ইঙ্গিৎ অমনা
পুহ্নুনা চংলি ঐবু
মা-পোং অমতা উদে
অরাবা মরীক অমংতস্রু
পক্তে থম্মোয় লাইয়ুমদা।

মফম অসিরাইদা হৌবনি
মফম অসিরাইদা লোইবনি
লৈতে ৱাখল মতমগী,
মতমগী চক্র ৱাংমদা
অফা-অপুন লৈতনা
য়াইবীনা পন্থুং থিরি।

উদবা মপুম ভমগী
অউবা মচেং অমদা

তাইবংগী মশক লেপ্পুনা
রাখলগী নৈবাক শেমলি

মতমগী উপু মনুংদা
খুং থেকুনা পারি,
পুন্সিগী নুমিৎ চায়থরে
মনি উবদা খঙলি।
খুরবা রাখলগী অন্ধদা
মমল য়াম্নবা পুন্সিবু
অশৈবা অন্দক মপোকপু
শুন্যগী মফমদা থমলি।

মপোক অসিদা থেংনরিবা
অমুক উগে ফংলরোইদবা
নুংশি নুংশিরবা কুম্মেসে,
পুন্সিগী ঙমখৈ লান্দুনা
অচৌবা খোঙচৎ হৌদা
পুগদবা চেংজেলনি।

ঐ শিরে হায়বসি
ইশানা খঙবা ঙমজবা
অহুগুম্না অরাবগী মিৎকুপতু
তাংদাংবা অমা খঙবগী
নুংঙাইবগী নাহুমতু
চেংনা লোক্তুনা থম্বিরমলে
তাবুনুংদা নৈশেমগী
থম্বাল শাংপা কনাগী মরাইবক্তা।

আগষ্ট, ১৯৯২

## মণিপুর, ১৯৮৮

ঙসি করি নুমিৎনো ?
ঙসিসি তারিক কয়ানো ?
ইকাও কাওরে
নুমিৎ-থা লুইনা ইচা-চাথোকখ্রে ।
কংলাগী তাংবলদা
মৈথক্লা ফমহনা
গোপীনাথ বাবুনা শাওই
মৈগী চাং ক্রুং-ক্রুং পোকখায়রকই
'য়েংঙুনে বাবু ! লুরানবশিংদো
সনা কৈথেল য়েন্তোক্রুরনই
দক্ষিনা লুপা লিশিং য়াম্খ্রে য়াম্খ্রে হাপ্তুনা !'
ঙাংনৈ শোন্নৈ চিবোল চিবোল
অমা অনীনা লৈবাকসিদা
গোপীনাথ বাবুদি ফবনি
অচুম্বা থরা পাম্বনি ।
অতুবু কৈদৌনি
তাংহৈবা সঙ্গুদা মহারা কৈদৌনি,

কংলাগী ময়োলসে
তাংহৈবশিংনা দোষি ওই
ঐগী ঐগী ঐগী ঐগী
ঐগী ঐগীতা খনবা
মীয়াম্না থাও ওই
মৈ হৌত্থনা চাকলে ওসিদি।
লৈবাকমচাশা! ইম্ফাল পানাগী হিসে
মমে মকোক খঙদ্রে
হোনবদি লেপ্তে, হিনাও শাবা য়ামন্দুনা
মচি লেংবদি ঙ.দ্রে
হেন্না হেন্না লুপথরক্লে।
ঐখোয়গী ইতিহাসকা ইচেলসে
লাল অমোমগী শাজংনি
মপুগী ঈশিংস্থ থক্তোকই
মপুগী মচাস্থ চিকথোকই
মপিপ্পু বু মাঙহললি।
কন্না লাউই তাদে
তপ্পা হায় লৌদে
খুরবা তোর্ব্বান্দা
রাখলগী ইরৈদ।
উরু উরু লৈত্থনা লৈরে
ঐখোয়গী লৈবাকসে অধঙ্গ পকলে।
ঐখোয়গী ইতিহাস ঐখোয়না শেম্বনি
উহৌদ্রবদি নিং উইশিন্দুনা য়ামলিঙৈ
থরোই থরাওবু সনাগী লীকথাংনি খন্দুনা,
খুভগী ভম্ফা খুদোপ চেনখিবা খঙহৌরোই

 মসিনা ঐগী অরোইবা রানি।

ইতিহাসতি থক হনগংনা চেন্দে
চহি তরেৎ থুন্তাকপনা অমনি
জপাল লালনা অমনি
ঙসিগী ইতিহাসনা অতোপ্পা মূর্তিনি,
চৎলে চৎনা ৱায়
ফমলে ফম্না ৱায়
মপান্দা চৎথোক্রবস্থ তৌফম খঙ্দে
ইমুংদা লৈরবস্থ খোয়দৌ শাগংলে।
বৃত্ত অমদা উরূ উরূ লৈদুনা লৈরনি
পুন্নমক হঞ্জিল হঞ্জিল করুবনি
লেংবা লৈতে পোং অমতসু
নো এক্সন, নো মুভমেন্ট।
চংবু চংথ্রবদি থোককম খঙদ্রবা
চক্রাবহুনি রাজনীতিগী,
পৃথিবী কোকথোং নাগে
ফৈজা লৈতরুনা তোকপা ঙাক্তনি,
তুমিন্না ভাব মাবু লৈরিবরা ?
মুন্না খঙবা হৌজিকপু য়াওরিবরা ?
লৈবাকসিবু হুংশিবা মা লৈরিবরা ?
লৈবাক্কী খনবা কনা য়াওরিবগে ?
শাদোং মুন্নবা ঙাঙনি
সঙ্গু সঙ্গু পাইশিন্দুনা
মতম বুইনা নারকলবা
নিংথৌগী য়াইশা অশিবা
ঙসিদি নংজানা হোমখ্রে।
মাসি লাইনী ঙাথংনি

মসিনা ঐগী অরোইবা ৱানি

অহুম্ তাইবংমীগী মকোক
লমহুইগী মকোক পাল্লে
চীংসু তমসু অমতনি
মনলে মমলে ইম্ফাল
চাকলে চাকলে মণিপুর
লৌনিংবগা শীনিংর্দবগা মাম্নরে ।

আগষ্ট, ১৯৮৮

## নুংশিবা

ইবেম্মা !
নংগা ঐগা খঙনরমদ্রবদি
পুন্সিসে ফাগিগুম থোকলমগনি ।
উরনদ্রবদি
নংগী মোমোন নোকপা মায়থোং
তাইবংপানসে
ওইরমগনি মথরায় য়াওদবা পোং ।
তারমদ্রবদি নংগী খোঞ্জেল

জগৎসে ওইরমগনি লম্মাং-তুহাং
লৈঙোয়গী লমলেম ।

পাম্মবী !
নংসে মীগী ওইথ্রবসু
ঐগীগুম খল্লি ঙসিসু
নংসে ঐগীনি ।
ঐসে নংগীনি ॥
নংগা ঐগা খঙনবা মুমিত্তুগী
পুন্সিসে থল্লে অনৌ অনৌবা অর্থনা
শিনিংদ্রি
য়েংনিংলি
নুংঙাইরি
কপনিংলি ।

মিৎকুপ অমতং
নংগা মায়োকনবা ফংলবদি
শিরবসু পেনগদবোই খল্লকই ;
চংলে নং
ফমলে নং
নংগী নং ঙাইহাক্তা ।

সনানা মৈদা ঈক্লগা লংবগুম
কায়না মৈশা লাংলগা
নুংশি মচু শেংলকই,
অমম্বা কাদা চংলগা
নেগেটিভনা মী ওল্লকপগুম

খাইনা পম্বেং নংলগা
নুংশি ময়েক লারকই ।
ইশৈ নুংশিবা তারগা
অতোপ্পা সংসার অমদা তাওবগুম
নংবু নীংশিংলগা
অমকপা লৈতবা রাখল অমা ফাওই
নুপা নুপী
নুপী নুপা
লাইনা কাওরি মায়াগী তাইবং ।
এনা ওাস হৈরিবসি
নোংমা নল্লগা নোংমদি
নংনা পারখিগনি
মতমগুদা এবু শিংবুগা অমতং নীংশিংবিবা
মতু ওনহ পোনগনি ।
থম্মোয়তনি নিংজবা ;
থম্মোয়তনি পামজবা,
থম্মোয়তনি নুংশিবা ।

এপ্রিল, ১৯৬০

## নোংপোক অমসুং নোংচুপ

মীগী অশেংবা মশকপু
উবা ফংলিবরা ঙাসিবু ?
নংভুনে য়েংলিবা ঐতগী
মশানা মশাবু উদ্রবনি
হুং-পাল ইশন শন্নদ্রবনি ।
মী পুন্নমক ইতাও তাওরে
নোংপোক নোংচুপ অমতনি
ঙাংলিবা মীগা মাগী রাখলগা
ন্যাকীগী মিংয়েং অমতনি
সুপগী ন্যাইগী রাতনি
মাগী অওইবাদি তুনলিহনি
তংখায় অমা কৈজুপ মনুংদা ।

ওস্বিবু মমল করি লৈরিবগে—
মীগী মিংলুগী পিরাংগী
থম্মোয় কায়বা য়ারাগী ?
ন ইশং গীর্জা মসজীদ য়াকাবুংনি

উতোং অহোবদা ঈশিং শোকপনি
অচৌ অচৌবা সহরদো
অশেংবা সহর ওইরমদ্রে
অচৌ অচৌবা মীশিংদো
অচৌবা অমতা নংলমদে
পৃন্সিগী খ্বাইদগী অথীবা মখৈ
মপৈ মপৈ পৈরমলে ;
মহুম শাফম ওইরমলে
মতু চোম্বা মীশিংগী,
নোংপোক নোংচুপ অমতনি ।

হিংচাবা ময়াম খুনদিন্নরি
মৈ ক্রঙ-ক্রঙ হৌরদুনা
খাংজাও অমা থাঙজিনা,
পৃথিবী ঙৌরি নাচুংদনা
অশোন অশোনবা ফাদুনা ।
ভূমধ্যসাগর ময়ায়দা
নোংপোক নোংচুপ পনয়ায়দা
নাংখায়রে লাওনা,
চেন্থরে ঈ খুদেং-খুদেং ।
কুম্মৈ য়েংলিবা মীসু,
কুম্মৈ য়াওরিবা মীসু,
সর্কসকী থৌরিদা চৎপগুম
স্মার খাংজপ্পা হোল্লে,
পৃথিবী মতুমসে খঙহৌদনা
পোক পোকখায়দুনা তোক্রবা
মুংশা থীবা পোকলে ।

ঐ মখোয়বু উরে
মখোয়না ঙাংবস্থু তারে
ৱাহৈ অমা হায়দোকপাদা
চীং ফুকপগুম নূমলে।
টোকিওদস্থু অতু মঙায়
ৱাশিংটনদস্থু অতু মঙায়
নোংপোক নোংচুপ অমতনি
মীনা মী করবার তৌবনি,
মী চংফা ফাবনি,
মী চংহাং হাংপনি,
মীবু পালা য়াওদনা শুনবনি,
মীবু পালা য়াওদনা য়োনবনি,
নুপী অঙাংনা শিবদি
য়েরুম অহান্বা কায়বনি,
মাগী মমল লৈতে
অশিবতনি মাঙজবা।

পোকপা অসিস্থু শাপনি
হিংবা অসিস্থু পাপনি
মহৈ মহৈ হাংনরবদি
করি অমুক কান্নরি?
করিগী শাগৎলি?
করিগী থুগায়রি?
করিগী অমুক শাগৎলি?
মীগী মপোক ফাগীরা?
ঐখোয় পূম্নমক মানি

মীগী মী ভম্নানি
নোংপোক নোংচুপ অমতনি
কনাস্ত্র শিনিংবা য়াওদে
নংনা নচা মুংশিবগুম
ঐস্ত্র ইচা মুংশিরি,
রাইডদো তংকনি মতু তুবুম
মুন্না য়েংবা কাওবা ওমজদ্রি।
করিগী অত্তুক খারিবা?
নোংমা নঙ্গা নোংমনি
মায় মাঙ্তনা তোক্কনি।

ডিসেম্বর, ১৯৯১

## মীবু ফক্লাংদা থেংপা লাইরা ?

মীবু ফক্লাংদা থেংপা লাইরা ?
টেলিফোন্দা রা ঙাংনবা য়াই
লাইন ফাওনরবদি মশক উনজ্রবসু
পুন্সিগী অশেংবা অরাবদি
মশক উনবা ফংদবগী নত্তে,
রারিবদি পাও ফাওনবা ঙমদবনি ।

আগষ্ট, ১৯৯২

## ঐখোয়গী যুগ

ঐ মঙ্‌লাকনরে
ঐখোয়গী সমাজ মঙ্‌লাকনরে,
বৃত্ত অমদা হঞ্জিল হঞ্জিল লৈদ্রুনা লৈরবা
ঐখোয় পূন্নমক তুংশিন্দুনা লৈরবা ইচেলনি ।

মতমগী সভ্যতানা চপখায়রবা মীওইবা
থম্মোয়গী ময়োন্দা ছিনখিদ্রে অনৌবা য়েন্নিং
মুশুক মুবা থা অমা থোকখি ঙরাং অহিং
নিন্‌খি খোঞ্জেল অমনা মায়গৈ পূন্নমক
করি অমতা উদ্রে, খঙদ্রে করিনো ?
করিনো করি মতৌনো ?

অমতা নংতে
তরাগীনি, ঐখোয় পূন্নমক্‌নি লাইবকথীরিবসি
পৃথিবীসি পোকখায়বমখৈ লাওনিংই নোংমদি
করি তৌ হায়রিবনো ঐখোয়বু ?

কনাগী মতুং ইনগনি কনাগী ফিজি পায়গনি
থোং অহাইবীনি ঐখোয়না লানগদৌরিবসি।
ইম্ফাল তুরেল তোর্ব্বানদা, নম্বুল তুরেল খোঙবান্দা
হনুবা অমনা হায়হৌই, হনুবী অমনা শৌলহৌই
অস্থুক কুইনা লৈরকপসে, থেংনজগ্রি অমুক্তস্থু
অস্থুক শাথিনা রাবসে।

মঙগা তাইবংগা অশ্ঙানি
মঙদা উরম্মী মী কাঙবু অমা
মকোক মকোকমখৈদা লিখংত্তুনা
লৈঙোয় চোচে্রাবা মনুংদা ফুমহনা লৈবা;
মমিংমখৈদা কে্রাক কে্রাক ওন্দুনা
অমগা অমগা য়েংনৈ, ঙাংনদে
রা মচেৎ অমতা, অহনস্থু নহাস্থু
মপাস্থু মমাস্থু মতুস্থু মচাস্থু;
তাবিনরা কনা লৈরগে ঙসিবু
থম্মোয়গী য়ারাবু?

অস্থুম্না অস্থুম
ঙাংস্থু অস্থুম্না ঙসিস্থু অস্থুম্না
মীওইনা হিংবসে তনশিল্লক্লে অস্থুম অস্থুম
ইশম শমনদ্রে য়েংলিবা পোংকা য়েংলিবা ঐগা
খল্লিবা রাখলগা খল্লিবা ঐগা;
কান্নগ্রবা পোং ঙাক্ত কোক্ত হাপ্তুনা
অস্থুম অস্থুম ননথরক নোংম নোংমগী
পুন্সিগী ময়েক মাঙখ্রে
উকুল-রাইফুলনা কুপ্তুনা
যুগসিগী সভ্যতাগী।

## করিগুম্বা অমা থেংনবগুম

অমম্বদা মা-মাতুনা চৎপদা,
ঐখোয়না লৈরিবসিবু অমম্বদরা ?
ঐখোয়না হিংলিবসিবু অচৌবা মমি অমদরা ?
উদ্রি নোংমতম্থু তরং তরং
পুন্সিগী পামেল অশৌবদো,
চীংনুংগী সনা লোক্তগী লাকপা মঙালনা
পুক্নিংগী শুরুবা উমং ফাওতুনা
মশেক অমতং, মিংকুপ অমতং ।

ঐখোয়গী যুগসিদা
অঙাওবা খরা নত্তনা
পুক্নিংগী অরাংবা অতিয়াদা
কনানা পাইতুনা শান্নরিবগে ?
ঐখোয় পুম্নমক মিত্তাংবনি
ইপা ইমাম্থু উদে
তাইবং মীম্থু উদে
শুমাংগী ঐনা উবদি
ঐগী ফনবতনি,
কনানা খঙগনি—
তরানা ঙাওতুনা চৎপা ।

মার্চ, ১৯৭৪

## ফজবা অমসুং অথিবা

ঙসি অয়ুকসি কয়াদা ফজথ্রবা !
হুমিংনা তরং তরং থোক্লুনা
মালেমসে ইনৌ নৌথোকহল্লি
মীগী পুক্লিং মকা লামহল্লি ।
ঙসিদি সনা কৈথেলসে
চেদা য়েকপা লাইগুম্লে
মচু মচুগী ফুরা-দলালনা।
নিম মচু মানবা অতিয়াদা
রাংবা তান্নরি মঙক তিংথনা ।
নাল্লবা সন্নক-য়াংবী মথক্তা
চেল্লি ইরং-ইরং লংনা
মচু মচুগী ফজ-ফজরবা গাড়ীনা
শেম্ব্রাং পাইবগুম থারো-লাইরৌ খঙদনা ।
য়েংকী লমদাং ঙইবশিংগী হৈনিংবা মায়থোংনা
ঙইগী লমদাং ঙইবীশিংগী মচু-মচুগী ফিজোলনা
সনা মমজাওসে পূমথন-থল্লি
হুটকা টাইগা পূমঙান-ঙাল্লি

মদাগী হঙ্গাম মপাল মরক্তা
মচু মচুগী কুয়াক্লা পাইরি মায়গৈ শলাই খণ্ডদনা ॥
ফজরেদকো ইম্ফাল সহরসে ঙসিদি !
তাবোই তাদবোই খুদোম্বী থিন্দুনা
ঐখোয় অবোক্লা তুথি-তথি চৈরকই —
'নবেন মথুনমুক ফজরৈনি
মীগী মচা লৈশাবীবু চঙহাৎ হাৎলগা।"

মে, ১৯৯২

## মূর্ত্তি অমা

ঐগী শিংনঙ্গা অনীদা
গুলাপ লৈগুম নৌরবী চেংলৌদো
রাংলেন অমনা লাংঙোল অমা শক
উরি ঙসি কাঙবা তনৌ তনৌ।
খমনুং কিকোই মতুং ইন
চৎকনি হায়বগী কিজদে,
থরায়না কপলিবদি মসিতনি—

 মসিনা ঐগী অয়োইবা য়ানি

মৎখিগনি মহাক্কী অহিংবা শকফম
ঐগী নীংশিবদগী হৃদক্কী মপোকসিমগী।
চহি নিফু হেন্না হৌগ্রবসু
মতমগী চক্কাবু তুংহন্না লৈখত্নুনা
লৈনিংই মতম অতুদা অমুক হন্না।
তনিক তনিকপা মাগী মিংস্নাদগী
চোংশিলহৌরে অহিংবা মূর্ত্তি অমা
মুৎপা লৈত্রবা মঙাল অমা
ঐগী থম্মোয় লকান্নুংদা
শংশং শংশং উহল্লত্নুনা মফম-মতম অতুমক।
ৱাংলেন অতুগী থৱায়-মিনা
শায়োল চামা লৌত্নুনা
হিংলি ঙসিসু ঐগী য়াইবী মরুদা।
অথোইবা নুমিৎ অতু পুন্সিগী
পৌরোন থাবা নুমিৎনি ঐগী
মহৌশাগী বন্দিশঙ্দা ফাত্নুনা;
অপাম্বগী মমিদগী ভুং-প্রেৎ ওল্লক্নুনা
ৱাংলেন অমদি তশেংনা ঐবু ওৎখি
মংলান্দা কোয়তাও তাওখি।
মাগী মিৎয়েংগী ইঙ্গিৎ অমদা
নুংশিবনা লুতোন শাত্নুনা
বিদায়গী পুঙ্খোল অমদা
জগোয় শামিন্নখি মাগা লাইরমলেন্দা।
তাংলৌত্নু লৈশিনখ্রে অমম্-অঙান শিন্নবদগী
কা অতুদা পোদোল অমতনি
করিসু উদে, করিসু তাদে

মসিনা ঐগী অরোইবা ৱানি

অতুবু ইথন থনখি মাগী মায়থোংনা
নোংথাং চামগুম ঙাল্লতুনা,
তপ্পা হোনবা মুংশাম্বরনা
অরাম্বদা তারম্বা খোঞ্জেলনা নকশিল্লকপগুম
ঠৈয়রখি ঐগী নাকোং চক্রদা কন্না ;
তুমিন্না লৈবা মাগী মশক্ উরুবদা
নিংথায়তুনা কেনখিদৌই থম্মোয়সি ।
ফজবনা কুপ্পবা অথিবা থাদোক্তুনা
তাওরুই ঐ তরং অমদা
শেংলবা পুন্সিগী মিংকুপ অমদি ।
উখি মহাকপু লাই নুরাবী অমগুম
য়ান্না কুইখ্রবা মমিং অতুদা
মুত্তিহুনক মিংকুপ অমদা উখিবা
মনন ফাররে অওইবা ওইনা ঙসিদি,
য়াইবী লৈথান্তংদা হকখ্রবা
পিকলবা ময়েক্না
পুন্সি লৈকাংলাসিদা ইকুং ওইতুনা
লাইশোল মন্ত্র ওইররে ঙসিদি ।
নপুনা কল্লবস্থ পৃথিবীগী মতাইদা
থক ত.হন্দে নাইতোমদি,
পুন্সি নংলান অচৌবসে
অওইবা নং মতেক মতেক্না
অমুক অমুক মিংকপ থোকহন্দুনা
শংশং শংশং উহাল্লি
মণির মচা অমা মরক মরক্তা ।
মন্দিরসিংগী মন্নুংদনি নোংনা

৫. মসিনা ঐগী তরোইবা রানি ।

ঐনা উখি মিং পাঙথোরকপদা
মশক অমা অঙাংগুম মফি শেত্তবা
লিক্লাগুম লূরবা মমিং অনীতু উরুবদা
অচেনবা রেলগাড়ী পরেংদগী
কক্থংলম্নগা তুংথংবা দবা মখৈ
রেলকোক্তমক্ চেনখিবগুম শুপ্নগী
ঐ মপোক অমা পোকই।
মী-পোং অমতা উদে খঙন-চান্নবা
ফোনাগী ইপোমলক্তা লালহাগী লম্বীদা
ইথন্তা চংলি নুংশিরবা মফম অতুদা ;
নীংশিংদে করিস্তু নীংশিংনিংঙাই লৈতবগুম,
উই নাক-য়েং-মাঙদা
নুংশি নুংশিরবা উতোল-ব্রাতোল
চাংয়া-তময়া অনকপদা অরাপ্পদা
সনা লুপা মচুনা ফুদোংলবা ;
খোঙ্জেল অমতা তাদে তাইবংমীগী
নহাখোল অবা-অনা পুন্সিগী ;
অনৌবা য়েন্নিংগী করাংজানা কুপ্লবা চীংমায়দা
কাখংলি সিন্দুর চাইবা মাল্লবা লম্বীদা,
মরাক অমতা পক্তে অরাবা
ঐগী থম্মোয় লকান্নুংদা,
তুং হন্নস্তু খক য়েংনিংদে ;
তারকখি মতমসিদা তাম্লবা খোঙ্গেল অমা
কাঙ্গী মখোলগুম পিকনা
নিং নিং লাওনা অরাপ্পদগী
য়ৈখি খোঙ্জেলত্তুনা থরায়গী মরুদা।

মিংকপ থোরকপগুম নুংঙাইনা তুমলুবদগী
পুন্সিগী রাংমদা চাকলিবা মৈরা য়েংতুনা
মিং পাঙ্খি তরং-লাইজ ঈহৌনা
নুংগী য়ারা অমগা লোয়ননা ঃ
মফম মতমগী রাংমদা শাংলিদো
বৃন্দাবনগী কদম পাম্বিদো !

আগষ্ট, ১৯৯০

## ইম্ফাল

**In the eyes of the public**
**One is never oneself.**
**— Anonemous.**

ঐ ইম্ফাল নুংশি
ঐ ইম্ফালগী মী নুংশি ।
নুংথিলগী মমৈদা
মুল্লবা নুংশাগী নাপু শাবা মতমদা
অঙাংশিংনা লম্বী নাকলদা শান্নবা
নুংতিগী য়েংবগী পেন্দ্রবা
ঐগী কুম্মৈনি !

মল্লবা শেগায়রবা খাংপোকশঙগী
হুমাং মচাদা
ফৌশু লংনহৌবী লুখ্রাবী মমা-মচা
অরাবনা কুপ্লবা পাথ্রাগী মায়থোং
উহৌই চৎখিবা মরু লুকথতুনা
লম্বী মতাইদা।
মখোয়গী মশক উরগা
লৈত-লায়রগী ৱারী তারগা
মখোয়গা লৈমিন্ননিংই ঐ
অৱা-নুংঙাই খাংমিন্নতুনা।

উরিপোক লমজাও
পোকপদগী চৎলকপনা
ঙসি ফাওবা চৎলি ঐ
চৎখিনি শিখ্রি ফাও;
তুমিদাং হঞ্জিল্লকপদা মাগী মথক্তা
চংনা চংনা নোংমা খনখি
হয়েংদি করিমম্না শুরোই
হকচাং কায়াৎ পূম্নমক লোইনা চোকথরে
হৈনিংবা লৈত্রে, ৱারে, ৱাবনা শিরে!
থম্মোয়দা অমুক ফুঙ ফাওরি
মিংকি পিগা লোয়ননা
হেন্না ৱাখিগে, হেন্না নোমখিগে,
হেন্না মরুপ—মপাং তিন্নখিগে।

কনানসু উবিদনা লৈজগে
কনানসু খঙবিদনা শিজগে

ইম্ফালসিদা ঐগী মরূপ-মপাংশিংগী মরকসিদা
য়ুম্‌-কৈ ফজবা, অচৌবা থবক,
মীনা ইকাই খুম্নবিবা
নোংমতনি ঐনা পামল্লবা,
ঐনা পাম্বদি মরূপ-মপাংশিংগা লৈমিন্নবনি
শিনি খঙনা তিন্নহুনা
শিনি খঙনা চামিন্নহুনা
শিনি খঙনা নোকমিন্নহুনা।

ঐগী নুমদাংগী লাইশোন্দা
খুদমলি লাইদা মরূপ-মপাংশিংগীসু
(ইকাইহনা কনাদসু তমথোক্তে)
নাশিংলি মখোয়বুসু—
নুংশি নুংশি তিন্নরিবা,
নুংশি নুংশি কায়নখিবা।

সেপ্তেম্বর, ১৯৬৬

## মরম

হুনিং নহা তরংবা
তরং তরং তশেং তশেং
উখি নোংমা লম্বীদা
য়ুমদগী স্কুল কাবা।
ফজমনখ্রদুনা উরিবা মশক্কু
হান্না উরিবা পৃথি নত্তবা
অনৌবা পৃথিবী অমা
মিংকপ থোক্লুনা হৌগংলকপগুম
মিংচানদুনা লৈখি ঐগা।
ঐগী মরী-মতা নত্তবা
ইপা ইমা মীওইবা
অমম্বা শুরুংদা চংখি
মাঙখি মথং মথং।
য়েংনা য়েংনা ঙক্লা ঙক্লা
লুপখি ঐস্তু ফজবগী
লোইনাইদ্রবা লৈখা নুংদা।
ঙসিস্তু থোক্লি হান্নগুম

ময়েং অমতা তাদনা,
খনখি মতিক চায় খুরুম্বদা
মৈগী মেংলবা মঙালদু ।

পোয়মুগী লবুক্তা ,
ৱাংলবা চন্দ্ৰ মপৈ মথক্তা
লোংনা হিপ্তুনা লৈরিঙৈদা
ঙমখে নাইদ্রবা অতিয়াদা
শংবান্নবা লাইরৈবাক্তা
উখি ঙৌশ্রোক ঙৌবা থাজবু
ঙাইহাক্কী মনুংদা
থাজনা লৈতেংলবা অতিয়া
মিংফম হোংদনা য়েংলুবদা
অসুম অসুম পাকথোক্লককখি
অসুম অসুম চাওথোক্লককখি ;
অদুগা ঐনা বিন্দু অমদা তিনখি
অসুম অসুম পিকশিনখিদুনা ।
ঐনা উরিবা কুম্মৈদু
উহনিংখি মী অতৈসু
থম্মোয় লকান্নুংদা
ফাওহনিংখি নুংঙাইবা ।
অশেংবনি, করিগুম্বা অমদি
মপোক্কী ওইনা মাগী
লৈরিবনি পুন্সিদা,
পারী-পুরীগী মরন নত্তে,
ঐগী ওইবা তোপ-তোপ্পনি ?

অা মমাংঙৈদগী
লাংঙোন কয়াদগী পুন্থনা
লাক্লবা হৌরকফমদগী
ময়েক শেংনা মন্নবা।
অদুগুম্বা অমম্বা লোক্কী
অকনবা ইথিল অমদি
কন্না ফাওখি হকথেংননা,
থোৌদোক অনী অদুদা।
হান্না নক্করম্বা পূন্নমক
অস্থুম অস্থুম লাপথোকখি
অদুগা মহৌশা লানরম্বনা
অস্থুম অস্থুম নকশিল্লকখি
হেন্না হেন্না চিংশিনলকখি
করিগুম্বা অমা লূম্নবা
অমম্বদা মারুবদা থেংনবগুম।

আগষ্ট, ১৯৯২

# ঐনা শিরগা নীংশিংবীগনু

ইরৈবাক ইরৈকাই মচাশিং !
ঐনা হয়েং শিরগা
ঐবু নীংশিংবীগনু ।
ঐনা পীবনা বাংলি
নখোয়না তৌবিবনা হেল্লি,
ঐনা নিংবনা মরীকনি
নখোয়না থুংশিবনা সমজ্রুনি ।
কালেনগী শারবা থুংথিল চুপনা
থুংঙাইবা মংলান্দা লুপ্তনা
রারা-রাতায় শাত্তুনা ফমমিন্নবা
শিনি নানি কাওত্তুনা
করিনা লমন শিংগনি ?
কুমগী বসন্ত লাক্লুনা
নৌরক-কোন্থাং হৈ-লৈগী মনম নম্বা কাল
কোয়মিন্নবা হরাও হরাও
করিনা লমন শিংগনি ?
কুমগী কুম্মৈ মতমদা

 মসিনা ঐগী অরোইবা রানি ।

হরি মন্দির কয়াদা
কোয়চেন চেন্দুনা শান্নমিন্নবা ;
তুরেলগী তোর্ব্বান্দা
লৈঙোয়গী ভূম তাদুনা কাউনখিবা
কাওরোই কাওরোই কাওররোই।
নহাগী মতম ওইরকপদা
অনৌবা তাইবং লৈকোলন্নুংদা
নুংশি পাওখোং, চনমিন্নবা
অৱা-নুংঙাই পুমিন্নবা
করম হায়না ক্যাওগনি ?
নোংমগী নুমিদাংৱাইরমদা
ঐগী ইরমগীদমক
কনাগুম্বা অমনা
ইকাইবনা লুতোন শাৎখিবা
মপোক অসিমগী কাওররোই ।
লৈকাইসিগী মা
লৈবাকসিগী মা
লুনা নিংগদবদি মখোয়তনি ;
মফম অসিদা পোকপনি
মখোয়গা লোয়ননা চাওবনি,
মখোয়গী লমলদি শিংতুনা লোইরোই
লোইরোই লোইরোই লোইরোই ।
ঙসিসু চৎমিন্নরি
ইংলবা নিংথমথাগী সরকসিদা
ৱারা-ৱাতাই শাতুনা
মসিগী লমলদি কারিনা শিংগনি ?

আগষ্ট, ১৯৬৫

## ভারত মহাসাগর

কুনিংকী মশেক্কা য়ৈবদা তরঙ, হৌরবী
নিক-নিক লাওনা ইপোম কারবী
ইনা ভারত মহাসাগর !
নংগী আম্রতনা থল্লবা নথান্নুংদা
চোংজ-কাউজবা ফংজরে নচানা
ঙসিগী ফজরবা অয়ুকসিদা।
পৃথিংগী মংলান্দু মংফাওনরে ঙসিদি তাইবংদা
নংগী মুক্তি লিশিংদু ইমিং থিংনা উজরে
নিংথৌ মহারানীশিংগী মিংলুগী পিরাংদো
মুক্তা ওইনা লৈহৌরে মতুম-মতুম খিন্দুনা,
গুহা মনুংদা লোংলম্বা থম্মোয়গী চিহ্ন
নংগী সংস্কৃতিগী লৈকোন্দা লৈরাং ওইনা শাংহৌরে,
চাংনু-মান্নুংদা তাহৌবা খোঙ্গুল
লমজিং ওইরে ঐখোয়গী অনম-অহা চুরবা,
চীংনায়দা খোংলম্বা, য়ুম্বীদা হকলম্বা
ময়েক্কা স্মৃতি ওইদুনা সভ্যতাবু মিংকপ থোকহল্লে।
ইমা ভারত মহাসাগর !

নংগী আরব সাগরগী খোম্লাংনা চোংবদা
নীংশিংলকই পিশক পিক্লিঙৈগী পুন্সিদো
তরং তরং উরকখি অতুঙৈগী মতমদো
ঐখোয়না হরাও-হরাও লমজাওদা চেনবদো
লৈপরেং পুহুনা স্কুল তম্না ;
অয়ুক্কী ভাঙ্‌নবা মশেকতা
মরুপ-মপাংশিংগী মচু মচুগী ফিজোল
ঐগী অহনবা ফিজোল,
নাংতম্বগী অহানবা নুংঙাইরবা নুমিত্তা
মচ অকনগী ফিরালনা অতিয়াদা নোকচখিবা
অপুনবা খোন্থাংনা পানা পূন্নমক নিলাখিবা।
হে হরেলপুঙ, অথোইবা !
ইথক্কা ফনহুনা য়াঙনা চেল্লিবা
য়েংলি কোয়রৈ লৈতুনা মওন মওন থন্দুনা
নংগী ঈরোংনুদা লপ্তুনা চংখিবা
য়েংকো লমদাংনি নুপাহ অশেংবা,
থাংগী ময়াদা নেক্তুনা চংপনি
নোংচুপকী কৈজাওবু ফাগে বাশকখিবনি :
নোকখিদে মহাক্কি নোংমতহু শিবা ফাওবা,
শোল্লবা মাগী শোল্লবা মিংকুপ্পা
করি খল্লমগনি মহাক্কা ঐগুম্না নুংঙাইবা পান্বা ?
মহাক্কা য়েকখিবা মরৈবাক্কী বৃত্ত মনুংদগী
হেন্দোকখিদে শম্না মফৈ অমতা মহাক্কি।
ঐখোয় কোটি লিশিংনা উবা ঙমখিদে মহাকপু
মথায় মঙা ফুক্কা বাখিবা মীচমগী থনবদা,
মহাক অতুহু ফমখিদে ভারত তাংবল মতোলদা

লাক্কাগী মন্নুংদা চরা হেনবা অমতনা
মহাক্কী মথরায়বু পুবা ঙমদনা রাহনখি ।
চেং চরা অমগী মীগী মরল তোন্দবা
পুবা-শিংবগী বরবারূদা অনম-অহা চুদবা
নিংদম্বগী মঙালসিভনি খুঙ্গংগী অতিয়াদা য়েংনিংখিবা
অশেংবা মী অসিনা তরাগী পীবুক খঙবা ।
ইকুইবু কুইদ্রি ফনা ইকাইনিংঙাইনি
নুপা অতুগী মমাঙদা কখোকপনা মাগী ওইরবা,
ইমা নংগী লাইওইরবা মূর্ত্তিবু
পুথোক্লুনা মালেমদা মশক তাকখিবা নত্রা ?
খুদোল লৈবাক তাদনা পুন্সিগী অরোইবা মতমফাও
খারৌ-লাইরৌ চেন্দুনা ইমাগী সেবা তৌখি ।
ছাত্র মচা ওইরিঙৈদা মাগী রাহে অমনা
পিক্রবা ঐগী থম্মোয়দা পলেমগী মশক অমদি
শাগৎচবা ঙমজখি ময়েক ইচং চংদনা ।
মশাগী মূর্ত্তিবু শুন্যদা হন্তরগা
ভারতমচা কোটিগী পুন্সিদা লুপ্পনা লৈখবা
অশেংবা মীশক অসিগী লাইশোলগী নুংশিং থেংনবদা;
হন্না চেনখি অচৌবা ঈথক নোংচুপ তোর্ব্বান তন্না;
অপূনবা ইরাওখোল অমনা নিনখি
ভারত মহাসাগর শিনবা থুংনা ;
অতুবু মৈ হৌতুনা চাক্লে মীনা দোথি ওইদুনা
ঐখোয় কোটিগী পুন্সিগী ময়োল কংশিল্লকলে
ভারতকী য়ুমথোং খুদিংদা রাব্রীনরব্বা
মখোয়গী ত্যাগ মমল লৈত্রে ঙসিদি !

জানুয়ারী, ১৯৮২

৬৪ মশিনা ঐগী অরোইবা রানি ।

## ঐনা শক্কনি অনৌবা ইশৈ অমা

ঐনা শক্কনি অনৌবা ইশৈ অমা
থম্মোয়গী পুঙখোলদা পামজবা সুরদা
পুন্সিগী অচৌবা খোঙ্‌চত্তা
থরায়গী অশেংবা ময়েক্তা ।

হৌগংলো হৌগংলো তঙ্‌কপা মূর্ত্তি ময়াম !
চাকনি ফিনিদুনা লৈগদবা মতম নংত্রে
নহালমুক মপোক্কী রা লৈতে
ইন্দকমুক মপোক্কী পাণ্ডবগী দোষনি
নংগী ঐগীনি পৃথিবীসি ঐখোয়গীনি ।

পুন্সিগী অশেংবা মনম খঙবা
মীওইনা পোকপগী পুন্সুং উবা
লৈতে কনাগুম, লৈফম লৈবতাই ঙসিগী
ঐখোয় উচেক নত্তে তাইবংমীনি ।

হৌজিকপু লৈফম লৈতে হায়দুনা
শিবা য়ারিব্রা লৈক্রক্তা চংদুনা ?

পণ্ডৈল লৈফম থোক্তে খোংবাল-লুক্লাংদা
পৃথিবীসি ময়ামগীনি য়েন্নগদবনি থুংনবা।

খরনা মুংঙাইবা ময়াম্না ৱাবা
খরনা তাঙবলদা ময়াম্না লৈখোমদা
নত্তে নত্তে হুমাংমনগী মরল অশেংবা,
শুরুংদগী পোকপনি অল্লাউদিনগী মতুং ইন্দুনা

সনা লমজাওসে,
কারগা জিপকা গাড়ীগা গাড়ীগা
হুটকা টাইগা।
অহুবু নুঙ থুগায়রিবা কয়লা লোল্লিবা
নোংজু-মুংশা মরক্তা ভুং-প্রেং শাহুনা
লম্বা শেনলিবা লৈবাক্তা মুংঙাইনবা
কনানসু য়েংবিদে মখোয়বু কনানসু।

ঐখোয়গী মিংয়েং লাল্লে
ঐখোয় মীবু উদরে
শিক্ষাগী মথোং খণ্ডর,
এস, ওগী মতু সনাহনবী সনানা তেকথরে
ৱায়েল কাটি মাঙখ্রে
মীগী ৱাখল পিকশিল্লক্লে
সমাজগী মিয়েং নোংমা নোংমগী খুজিল্লক্লে।

হনুমাননা মথবাক শেগায়বদা
শ্রীরাম অমসুং সীতাগী মূর্ত্তি লাংলম্মী,
উগনি থবাক শেগায়বদি ঐখোয়গী
হিংচা-য়াইতম্বা মখল মখল;

 মসিনা ঐগী অরোইবা ৱানি।

লৈরিক অমতা পীনিংদবা য়েতুম মতোন্দা পকপা।
নচা শুম্নবগীতা মথল্লি, ষ্টেসন্দা কৈথেল পোংশঙদা
অঙাং কয়া কয়া তাতুনা লৈরি ঙসি ঙসি,
মফি শেত্তে স্কুল কাদে।

মীয়ামগী অচৌবা তঙ্কদা
ঐখোয় লাঙ্গৈরবা খায়দোকখ্রগা
শুন্যনি পৃথিবীসে ;
অচৌবা কারখানাগী য়ুমথক্তা
লেপ্পুনা কারিবা মৈখুগী ইরৈ
ঐখোয়না হোন্দোকপা পুন্সিগী মুংশাম্বরনি,
অতিয়াদগী য়েংথবদা উরিবা
খোইঙাংশাবা ফৌরাংগী তাংবল ময়াম
মীওইবগী অচৌবা কুম্মৈদা
লায়রবনা তৌবা অচৌবা সেবানি।

হৌগৎলো হৌগৎলো মিংকপ থোকলো!
পংশাং শাংবা নত্তে পুন্সিসে
মুংদা লৈবা থৱায়গী মৈবুল চুখৎলো!
খাইরম্বন্দ কৈথেলগী
মায়াম্না চোল্লবা পূর্ণিমা
থাশিগী অহিংগুম মমগনি
লায়রবা ঐখোয় লৈত্রবদি।
ইমা ইবেনশিংগী উচান মৈরানা
ঐখোয়গী থৱায়গী অহানবা মঙালনি,
ইংঙা ইংঙেনগী নোংলক্তা

পূমচোং চোংনা চংলিবী পলেমশিংগী তম্ফাক্না
পুন্সিগী অহানবা শান্নবুংনি।

মার্চ, ১৯৭৯

## শিবা

পালম পন্থৌ রাঙ্গোল শংদা
অহানবা মিৎকপ থোকপ মতমদা
শকখঙনখি মরুপ নংগা ঐগা।
পলেমগী খোম্নাং অমৃত ফংবদা
কাওংমদবা মহাওনা সৈয়েংদা তাবদা
কাওখি নংবু ঐনা মিৎকুপতুদা।
মতমগী রাংমদা পুন্সিগী তোর্ব্বান্দা
শান্নখি নুমিৎনা করোঙচাক য়ুংবা খঙহৌদা
নংগা ঐগা কয়াম লাপরুরবা
কাওবু কাওরুরে নং লৈরি হায়বা।
মতম অসিদদি পুন্সিগী নুমিৎনা
খঙহৌদনা চায়থরক্রবা থুনা য়াঙনা
নীংশিংলক্রে নংবু মরুপ অশেংবা,
থাদোকনরুবগী মতিক নকশিন্নররে ঙসিদি

জুলাই, ১৯৯১

## ইম্ফাল পানা

পুন্সিগী শেংলবা চুমথাংগী মচু অমদি
উখি পুন্সিগী থবক মচা মচাদা
ফক্লাংদা থেংলিবা ইম্ফাল পানাগী মেপ্তা
য়াইবী থব্রায় মঙাগী মচুনা শঙলবা।

শুমাং মচিদা লৈ থাবদা
মিংকুপ অমদি হিংখি অশিবা মিংকুপ মরক্তা
মোমান নোকমিন্নখি হৈ-লৈগা,
ঐ লৈতে মতমগী মন্নুংদা।

অহিং তাংলৌগী পোমশাংনবা থম্বালগা
য়াহৌ ঙনবা তান্নরম্মী নুংতিগী,
বোকুল পাম্বীগা মিংকপ থোকপা মান্নরম্মী
হুইথৌগা চিকেংমিন্ন, লাইরেলগা য়াওনমিন্ন।

ৱাথলনা লাই-তিল শাহুনা
অহিংবা ময়েক্তা পিদাইখমদাইবী ওন্দুনা

নোকহনখি অহিং কয়া কয়া
মঙ্গা তাইবংগা ইশম শয়না ।

ঐ তুমখিদে অহিং নোংশোয়বা
শারোন্দা মঙ্খি মংলান মচেৎ অমদি,
য়েংখি মিংকুপ্তনা অতিয়া মঙুলদা
সংডাইশেলনা লৈতেংলবা নোংডাল্লমদাইদো !

লৈরি ফোংঙমদ্রবা পুন্সিগী পাখোং কয়া কয়া
মঙ্দা হংলম্না ৱাহংগা তাইবংদা হংলম্না ৱাহংগা
চপ মান্নখি ৱাহংগী নম্বর ফাও' লোন্নখি
ত্রকলব্যগী ৱারী থৱায়তানা ইখি ।

উরি মিত্তা শংশং শংশং
হকথেংনখিবা নুশিং নুংশা তরং তরং
য়াঙ্গোইনা কয়া চাউথ্রবা !
ঐনা কয়াদা পিব্থ্রবা !

খুলগী শাবল মতা ফবদা
চক্রগুন লৈখি ঐবু পুহনা :
ঙমখৈ নাইদবা ঐগী থৱায়দা
তুজংহনখি পুক্লিং হকচাং ফাওনা ।

লম্বীগী নাকলদা শাখিবা য়ুম মচাদো
য়াইবী মঙা ফুকনা শাখিদো
কৌরৌনা লুতুন কাখিবা নোংমতা খঙহৌদে
থম্মোয়গী লাইয়ুমদা মন্দিরগুম লৈরি ঙসিসু ।

 মসিনা ঐগী অরোইবা ৱানি

সনাগী লংলবা শেলময়েক অমা
তাহৌবা খঙহৌদে ফিরৈদগী নান্থচুনা
চেকশিনহৌদবা মিংকুপ্তা
পুন্সিগী ৱাশক পূর্ণমক্তা লোয়ননা।

থুংশিরবা পুন্সিগী হি মচাসে
হোল্লধ্বনি সনাগী লংলবা তোর্বান অম্না
হুক হুক নৈদুনা নৈরে ঙসিদি
তাইবংগী নৈরবা ইরেদা।

অয়ুক্কী অনৌবা নুমিৎকী মঙালদা
ইরং লংলি লিক্লানা তিংথৌ মতোন্দা,
ঙাংশং ঙাংনা চাকলি মতমসিদা
য়োং ভন্দুনা ঐগী থম্মোয়না।

ঐগী মৃত্তিসে অজ্ঞায়তানা কায়রে
পুন্সিগী ময়োন্দা লেপ্পুনা চাকলে
পৃথিবীবু ফুরিংখাওদা হাপচিন্দুনা
শনজীংবু শেগ্রাক্তা য়েপশিন্দুনা।

যুগসিগী হরা-নুংশিৎতা
য়াইবা মরু কংলে
শিনম নেমলে পুন্সিসে
নুমিৎ থা থোকলি কাওরে।

তাইবংগী অচৌবা চুমথাংগী মচুদা
মুংখ্রে ঐগী ইপোকউগী মচু,

শিথ্রে ঐদো ইপা-ইমানা পোকপিবা ;
হৌবা তারে ঙসিদগী অনৌবা মপোক'মা

এপ্রিল, ১৯৮৫

## অশিবা মী উবদা

ইপা ইমাগী খল্লে
ইতু ইচাগী খল্লে
রাদৌ মখৈ রারে
নংনা তম্বীহুনা ইবুংঙো !
খন্দবা অমুক তম্বীরো ।

কিশিসি খজিক্তুদি থাদোকপীয়ু
শম্না অমতদি কোমহনবীয়ু
চেংনা পুনমন্দুনা শিদৌরে,
অরাম্বা কঁশীগী মখোলদা
তিনজগে অমুক্তুদি থরাম্নসে ইংনা ।

উ কারক অহোবদা
ময়া লাউনা কাথোকলিবা

উচেক মচাগী মখায়াত্তগী
চগেম মুনগে খন্দ
মপী মচা খাইদোক্লুনা ।

পুন্সিগী অক্লাদা তোংত্তুনা
কপ্‌লিবা থরায়গী চেক্লাদা
ইঙ্গিং অমতদি, ইবুংঙো !
খঞ্জগে তরেং-তরা থোক্লা
কায়দোংফম থিজগে মম্লবা উমংসিদা ।

মিং উইশিন্দুনা খাঙ্‌লবা
মঙ্‌দা ফাওবা উন্ত্রিবা
থম্মোয় কায়বা মূর্ত্তিতু
হঞ্জিন হঞ্জিন উংপদি,
করম্না চৈনা খাঙগনি ?

পাইবা ঙমদ্রে মাঙলোমদা
হুমত্তুনা পুরে তুংলোমদা
পুন্সিগী অওইবা নুংশিংনা
ইপাম লমদম নুংশিবা
লমদম তামনা লৈহৌরে ।

নুমিংনা অস্তুম থোকলম্বদগী
থানা অস্তুম ঙাললম্বদগী
খংমুং মুংখিবা উরুবদি
খুরবা লৈই অমদি চিংহৌই
তাক্রত্তুনা পোকপা শিবগী লাংদাই ।

অমম্ অঙান শিন্নবগী
পনখৈদা মঙাল অনীগী
মাঙ্দা চপ, চপ, লেপ্লরি —
অহাংবা মালংদা মাশা ফন্দোক্লুনা
মচিন্তমক্ লেংই মখোলদি থোক্তে
কন্নবু হায়রিবা খঙনিংবনা ঙাওরে ।

হায়দ্রবদি খঙবা য়াদ্রবরা ?
হায়বা ঙাক্লুনা ৱারা ?
নুংশিবা ৱাবিবা পিনহৈবা
শুন্য ঙাক্লনি মশীং য়াওদবা
নুঙগী মূর্ত্তি মরকসিদা
হোরো হোরোবা যুগসিদা ।

মৈশা লাংলবা পৃথিবীসিদা
চনৈনরবা সমাজসিদা
ইচা মীচা পূম্নমক
পূম্নমক মপাল শাংলবস্থ
মহৈ য়াল্লরোইদবা ঙাক্লনি
মতমসিগী হুৱা-নুংশিত্তা ।

স্বর্গগী ৱা কান্নদে
পতালগী ৱাসু তানিংদে
পৃথিবী অসিগী ৱানি
মপুং ফানা হিংবনি পামলিবসি
নুমিং মশীং থীতুনা লৈগদবগী শরুকপুদি
শিবনা হেন্না ফরবনি ।

 মসিনা ঐগী অরোইবা ৱানি ।

থম্মোয় লাইয়ুমদা পকলিবা
ফজবা ময়েক অমতনা
পুন্সিগী অহাংবা চেনাশিং
সনাগী ময়েকনা থনগনি ;
কনগনি ইচা শোয়দনা
কনগনি পৃথিবী শোয়দনা ।

সমাজগী লোংঙুপ্তো থুরবা
হিংনিংবনা ভাওতুনা চোংলিবা
উচেক মচা কয়া কয়া
মিন্নুংশি খঙদ্রবা অচৌবনা
তুহংপিবা ঙাক্তনি খুন্নুখ্রংনা
মশাগী মথৌ খঙদবশিংনা ।

ঐখোয় পূন্নমক পাঙদবনি
তাং—পাত্তা হিংলবনি
থরায়দা চৈনা অমদি
ফংলবনি তশেংনা হিংবা ঙমদবগী
অসিগুম্বা লৈহাওসিদা সমাজগী
ফরবনি শিবনা হিংবদগী !

মথরায় নামা শিবা মীদোনা
তরা মচা মমাঙ্দা
হিংগদবগী শরুকপুদি
ইকাই ফিরুক খুমদুনা
শিবনা হেন্না ফরবনি ;
থরায়বু মৈদা ইক্তুনা

সনাগী মপোক অমা
কান্নদে ঙমদ্রবদি ফংবা।

মার্চ, ১৯৯১

## ঐগী নুপীগী অহাঙবা ফমুং উবদা

ঐবু তশেংনমক মিংকপ থোকলবরা
নত্রগা মঙ্-হারনে তৌরিসিবু!
উরি অহাংবা ফমুং ঐগী নুপীগী
মচু মচুগী লৈরোং থোকপা ফিনা কুপ্পুনা,
লৈশিংদো মচু মচুগী মাল্লকই অহিংবা মচু
ঙাম্মোকলকই অসুম অসুম মচুগুম সনাগী।
অহাংবা ফমুং থারিবা অচিকপা মফমদো
উরকই তরু-তরুবা কা মচা অমগুম,
অহিং নোংয়াইগী তাংলোদো লুপাগী মঙালনা ইথক হৌই,
লেংবা ঙমদে ঐ লাই-তিম্না চেনবা মীগুম,
নাশোন ওইনা তাই নুংশা স্বর হোনবা
ফমুং অতুদগী ইহাং হাংবা।

৭৬ মসিনা ঐগী অরোইবা ৱানি।

ফুৎলি-ফুৎলিবা থাবলদা উবা পোংকুম
থম্মোয় লকানুংদা ফাওরকই মাগী মমি,
ঐবু উইথরুরবা খঙদে, ইঙক ঙকই
ছাইফেং উথি ইনাক্তা চৎথিবা
মহাক্না ইনবা ফিজুপকী মচু ফাওবা
ঐ খঙ্ই, শংশং উরি মিংসিদা !
মহাক্না ঐবু কৌরমই তাইবংপান্দা কৌবগুম
অহিংগী কৌজেং হারোগী মখোল
চপ লেম্নগুম তৌই মিংকুপ থরদি ।
কিশিনি থরায়গী ময়োলদা চেৎনা কিম্লবা,
হন্দক্কী লাংঙোনসিমগী থোকপা ঙম্মরোইদবা ।
শাংলবা পুন্সিসে কয়াদা তেন্না উম্লবা
কোন্নহৌরোইদবা মাল্লি মহাক্কা পেন্না বারী শাবা ।
তিংখংগী চৈনাদো থমুং লম্বীদা থেংনগদবা
কাওহল্লি মহাক্না জগোই শাত্নুনা,
কোকহল্লি মহাক্না খৌরাংবা লকানুংগী
ইখৌলাংহন্দুনা চীংনুংগী সনা লোক্তগী ।
নোংমত্নু শত্নুম ফংবদা যিজি কিনাগী
মঙাল-মশেক উংখি অমম্বা মিংকুপ্তুদা
কায়খি মহাক্না ঃ মায়া হায়বত্নু মসিনি ।
কনানা তম্বা ঙম্বগে য়েং-ওইগী পুন্সিবু
কনাদা হংত্নুনা করম্না উনখিবা !
থেক-খোয়রবা পুন্সিগী শুরুবা লম্বীদা
লম্মাংনরবা ঐগী ইতৌ উবদা
মাঙদা ফেংঙ্ ফাওরকখি নোংমত্নু মহাকনা
থোঙ্গালদা নত্তে নৈমায়দা নত্তে, রাংলবা উতোন্দা

খুদোম্বীনা থিনতুনা ঠিকানা তাকখি
উখি উপাক মচেং অমদা মাগী মমিং ।
য়ুম মচা অমগী মাঙ্গোলদা ফম্‌ম্ফিন্নৈ ইবানি
মী-পোং অমতা উদে খোঙ্জেল অমতা তাদে
অমম্‌-অঙাল লাংদাইদা মুংশি মুংশিবা মঙালদা
মচোই মচোই তারবা মল্লবা চেনা ফাক্লুনা
নয়েক খরা মার-মারতুনা পাখি ঐনা,
মুন্না তারগা ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংতুনা
থুমলবা খোঙ্জেলদা মহাক্না হায়খি—
লাললে, কৃষ্ণ রাধা হায়রিদে
রাধা কৃষ্ণ হায়গদবনি ।

নবেম্বর, ১৯৮৮

# গিৎকুপ খুদিং কাওদবা ওইজগে

চাক চখোম অমা চারিঙৈ
ঈশিং খুজোক অমা থক্লিঙৈ
হন্দক্কী মপোক্কীদি অরোইবা ওইনা,
শন্নাও মচাগুম কোয়চেন চেন্দুনা
ইপা ইপুশিংনা লৈরম্বা মফমসে
মখোয়গী খোয়রী-নাওফম ফুমফনসে
য়েংজরমগে অমুক্তদি ইমিৎ পেন্না।
তমদা লৈবা ইমা ইচা
চীংদা লৈবা ইচিন ইনাও
নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা
কায়নগনি থল্লুবদা রাজৈদো থরায়না।
নুংশি নুংওলগী লৈহীনা থল্লবা
থুম্লবা পুন্সিগী খোঈরাসে
ঈহাম হাম্না উরকই করিগুম্বদা,
মরূপ-মপাংশিংনা পাইখ্রবদা
মায়গৈ-শলাই খঙদনা অমম্বদা।
অহাঙবা মালংদা পাইবা তেলঙ্গাগুম

মপারী অমতং নমদা পোগে ফংগ্রবা
লৈরাংগুম্বী মস্মোম্মা য়ুমগী লৈতেং ওইদ্রবা
ৱার-ৱারবা মুপা মুপী উরুরগা,
পুন্সিসে তেৱা মফোলগুম উরকই
অহাংবা মুংশিত্তা কোয়তাও তাওবা।
অমাবৈস্যাগী শুকনা মমবা অহিংদা
চাংচেপ্পা শাবা খাংবোকশঙ্ মনুংদা
ফুয়না-ফুয়না হোনবা মুংশা স্বরনা
য়াইবাগী মরুদা য়েখিবা অঙাওবা ঐহাকথক্কী,
তরাই তরাই কাওগনি কদাইদগী।
ঐ লৈরি হায়বসিসু অচৌবা অঙক্পনি
মুংশি মুংশিরবা পাম্মু পাম্মুরবা
মখোয়গী মশক করিগুম্বদসু উরকই
মরা চেত্তবা পামেলগুম ইয়াং য়াংনা
কয়া কুইনা হৌখিগদগে খঙ্দনা।
লমদমসিদা লৈরম্বা, মফমসিদা লৈরিবা,
লাইদগী হেন্না ঐনা নিংজরিবা,
ঐগী মিংয়েংদা লাক্ই ঙাক্তা এইনা উরিবা,
শিঙ্খ্রবসু উরিবা হন্না হন্না,
মখোয়গা মুংশি মরিক অমতদি ফংজগে,
পুন্সিগী মিংকুপ খুদিংদা কাওদবা এইজগে।

সেপটেম্বর, ১৯৯২

## সহর

"নপা য়ান্নবগী মচাশিংসে
নোং-ফুং-ঙালবদগী
নুমিৎ তাবা ফাঙবা
শান্নবসে পেন্দেদকো
লৈরমউ ঙসিদি, কনা কনাই মচাশিংনো ?"
ইনে যুবতীনা লাওই,
চৈ পায়তুনা তান্নৈ ।

অমাঙ্গোয় তান্নৈ বোকুল পান্থীদা
অমক কাখৎ অমুক কুমথ,
মতমগী রাংমদা
থরায় মঙা য়াওনা,
অশি-অনাগী ঈ পাও অমতা ফংদনা,
সহরগী সরক নাকলদা ।

চৈতেক কোংপী শান্নৈ
ফিবুল হাবি শান্নৈ
কাংজৈ শান্নৈ

নোংমনা অচংবী
নোংমনা বল থোম্বী,
হৌজিক্কা চেক্কী বিল্ডিং
তুংখোং পুম্নমক
সহরগী লমজাও নাকলদা লৈবা
শ্বাই মাঙ্খ্রে, চুপ লুপখ্রে,
উচেক-রায়াগী ইনিল ফাও অখিদে ঃ

শিবু শিদ্রবদি উরিবসিনি
সহরগী লৈরক-কোনজাং পুম্নমক
লুপী-অঙাংগা লেংথেনবদা
খোংবান ময়াদা লেপ্পনা
ইক-ই-হংগোইবা খাঙনরে,
অমুন খুজিল্লক, অমুম খোপচিল্লক,
লৈরক-খুল্লক হিংচাবনা
য়োংখিদৌরি পুন্না নোংমদি ।

সহরগী কৈশুম শঙ অসিদা
নন্দী ওইরবনি ঐখোয় পুম্নমক,
অঙম অথৌনা চান্নবা হোংনবদা,
হুকান্দারগী শেল থীনবা লাক্লবদা,
ইয়ুম ইকৈ,
ওশেং ওশেং হিংজবা পুন্সি,
মাঙখিবা য়ারি নোংমদি লোইনা ।

অমুক চাউখ্রবা সহরসে
খঙহৌদে পিকশিনখিবা,

মীস্নু ঐস্নু চপ মান্নখি
পুক্লিংগী পাঙ্গল মাঙ্খি
ৱাখলগী ময়াই চমখি
নোংমা নোংমগী ৱানা হিংখি।

শিবু শিত্রবদি থেংনরিবসিনি
কনাগুম্ মমুৎতানা খন্নদে,
কনাগুম্ করিনো হায়দে,
পোৎ অমতা ময়েক শেংনা থিদোক্তে
চমম্নহুনা পঙ্লৈদা লৈ ;
ৱাবদি নোংমা নোংমগী হেঞ্জিল্লকই
বন্দ তৌরগা থোইনা হেন্না,
নীগা পোৎকা শিন্নবা য়ারকলনি।
করিনো তৌরিসে ঙসি !
ঈ মতুমদগী চাউনবা য়োক্লগা
অমম্বা সহরদা ঙাইহাক য়েংলম্লগা
টেলিফোন ৱায়ারদা তোংবা উচেক্কুম
খাঙ্ঙথক্লা শ্বাই মাঙলিবা
মতমগী অকনবা নুশিত্তা
মায়গৈ-শলাই খঙদ্রবা।

আগষ্ট, ১৯৯২

## পুন্সিগী পাখোং

( ১ )

নংনা শান্নবা কুম্মৈসে,

লুমন্দুনা খঙবা ঙমদরে ।

নংনা চনবা পাখোংসে,

লুমন্দুনা কোঙবা ঙমদরে ।

নংঙোন্দা লোইনা ইঙ্খোক্লবসু,

রারৌগদ্রা খল্লি নংনা ।

অকং-যত্ত থিদ্রবসু,

ইপেন পেঙ্গদে থরায়না ।

অচুম-অরান য়েংদ্রবসু,

ইরা-রাঙৈ পুক্লিংনা ।

ফজবা অথিবা থন্দ্রবসু

মুংকদবা মল্লি তাইবংপান ।

য়ুখল মরুমদা ফমহনা

নংনা তাকপিবা মরোলহু,

তানা তানা খঙদেদো ।

 মসিনা ঐগী অরোইবা বানি ।

অর্থ লৈবা নৱাহৈহু ।
তাইবং কৈথেল ময়ায়দা
চপ লেপ্তনা য়েংবদা,
মীনা ফিঙৌ ফৌরিবা
খোইরাদা লেং-লেং চংলিবা,
চোইনৌ সনা লোক্তগী
কনাগী পাখোল পুহনা,
করি থিবা লাকলিবা
য়াইবী পোন্থা ওইদুনা ?

(২)

য়ানিংদে খম থেংনা
ৱাখল অসি ঐদি
তান চারুদুনা পোকপনি
মী ওইনা ঐসি ।
ইমাহু শিরে ইচাহু
লৈত্তে থক হুন্নকপহু,
হুন্দক্কী মপোক্না তংহৌবনি
লাংঙোন অসিনা অরোইবনি,
অদুবু থাজবদি ওমদে
ৱা অমাদি লৈরি—
করিগুম্বা উদে অমম্বদা
অরৈবহু লৈতবগা তঙ্কানি
অঙানবদা চোংথোকলকই লোইনা
পোং খুদিং তরং-তরং ।
শান্নরমইদা মতম অমদা

থল্লায় মঙা য়াওনা
সাবিত্রীগী চৈথৈ ৱাংমদা
শিনি নানি কাওতুনা।
মুমিং থোকপসু খল্লমদে
মুমিং ভাবসু ৱারমদে
অমম্-অঙাল থিরমদে
মতম হায়বা লৈরমদে।
ইমানা পিবা মতমগা
গুরুনা পিবা মতমগা
ফাইবোক পূন্না চৎতুনা
পুন্সি ময়াই তকনবা
অথা-অথুম নাইরমদে
করুফম বিন্দু লৈরমদে।

( ৩ )

মীগী চহি চামগা
ব্রম্মাগী মিংকুপ অমগা
মচা অনী পূন্দনা
পুন্সি লীশাং তাত্তুনা
খোয়রী লিনশাং শেমত্তুনা
পুল্লি য়াইবী উচুক্তা।
থাবুম তরাগী খোঙ্চত্তা
পুন্সিগী লাইয়ুম মথন্তা
অহানবা পো কাঙবদা
ৱাংগোন শংজিন তাবদা
কপ্পা নোকপা ফাইবোকপু

ফিগাওদা য়োমথুনা পুরকই।
ঐনা কদায়দা লৈরুবা?
করিগী অমুক লাকলিবা?
মতমগী ৱাংমদা লৈবগা
মতমগী মন্নুংদা হিংবগা
অনীগী অমম্বা লাংদাইদা
কিশি চেৎনা কিথুনা
পুন্সি পাখোং চনবনি,
শম্না অমতং ফংবদা
পামবৈ ওইথুনা লানগনি
পুন্সি ঈপাক অচৌবা।

আগষ্ট, ১৯৯১

## ঐখোয়

পুন্সিগী অর্থ অমদি ফংলে
পৃথিবীগী কাচিন-কোয়দা শারিবা খাংপোকশঙ্‌শিংদা
লৈতে-লায়রগী চাকখুম খুদিংদা
লবুক-লম্মাংদা ফৌরিবা
লৈক্রক-লৈরায়দা খোৎলিবা
থৌত্থু হুঙ্‌গা লাম্বা তৌরিবা
ইচিন-ইনাওশিংগী চম্নবা পুন্সিগী ৱারবা মপোক্তা।

শিকংনবা গনস্ত্রগী ফিরাল মুন্নবদা
কামতুহা মুন্নবগী লমজেলদা
ঐখোয় য়াওদে : ঐখোয়গী হায়ববু
ৱাকচীংগী খারবা উললেল মরক্তা
কৌব্রু লাইখা তম্না পামেল উরোং চনবনি,
থৱায় খুবাকতা হাপ্পুনা
লোইবী য়াংদৌ শেম্বনি শোরারেল কানবা।

ঐখোয়গী হুংগী চিরবা ৱাখলবু
উবিনবা কনা লৈ হুঙ্গী মূত্তিরকসিদা

তুমপক তাশিন্দুনা ফমই ইথন্তা
উতোল-বাতোল য়েংডুনা অহাংবদা
খংমুৎ মুৎথিগদবা মাল্লি নুমিৎ-থাসে থোক্লম্বদগী
উরকই পুন্সিসে মরী-মখোঙ, অমতা শম্নদনা
নোংঙাললমদাই মংলানগুম নোংমা ফাওদোকস্লু।

শংশং উরি অশেংবা মূর্ত্তি অমদি
নপ্তুনা ফমলিবা শাইজিন শায়াদা অচৌ-অশাংগী
নোংগী পেড়েবু ঈথল্লা হৈত্না,
য়াওমচাগু কুল্লিবা কৈশালগী মকোন মনাক্তা,
শক্ল মচেং অমতং ফংনবা মতোং য়াওদ্রবা;
অতুবু, মকোন অচৌবনা নোংম-নোংমগী চপশিল্লক
খর হোনফম লৈরক্লে সমাজগী মনুংসিদা।

লৌস্লু লৈতে শলস্লু লৈতে
ঐখোয়না তনদনা কনা তনগনি,
পৈশা অমা থোকউরগা
থাই অমা ভুংশিনবনা,
হনদককী মপোক অসিদা
কৈদৌঙৈ লুপা ফাগবা?

ঐগী ঐগী ঐগী
ঐগী ডাক্তা ডায়রে.
ঐখোয়গী ঐখোয়গী ঐখোয়গী
ঐখোয়গী অমুক ওইরসি
য়ুমস্লু ইস্কোলস্লু কারখানাস্লু,
থা থাসি ঐখোয় পুম্নমক লৈই অমদগী।

জুলাই, ১৯৭৭

## ঐগী ফমুংদা

ভুমনিংবনা পঙপরবা
জ্ঞান অমুক অমুক মঙনবা
মতমসিদা রাহং অমা ফাওগংলকই
ঐবু শিগদরনে ?
শিরোই, ঐ শিরোই ।
ঐদি ঐনি কনাশু নত্তে ।
ঙসিগী ঐ, হয়েংগী ঐ
নহালমুক মপোক্কী ঐ
অনীশুদে, ঐতনি ।
ঐঙোন্দগী ঐ থোরকপনি
ঐসে কন হেৌ চোংথোরকপা নত্তে
শুন্দগী, কারিগুম্বা অমতা লৈতবদগী ;
অরৈবদগী লৈরকপনি
ভুমলম্বদগী হৌগংলকপনি
হৌগংলম্বদগী তুম্বনি ।
কাওথোক্লম্বা ৱা নীঙশিংবা নাই
কাওথোকনিংঙাই লৈতবা নীঙশিংবা খক হৌনদে

 মসিনা ঐগী অরোইবা ৱানি ।

শিদে, ঐ শিদে।
খুৎনা পুক্তা নানথুনা য়েংই
ৱাখলগী ইহুল অমদা
ঐ খঙই, ঐ হিপলি,
ঙসিগী ঐ
অঙাং ওইরিঙৈগী ঐ
থোদোক কয়া কয়া নীঙশিংলি
কয়া কয়া কাওথোকলি
অকাওবগী লৈরোলম্নুংদা
মমাঙ্গী ঐ ননখ্রে
নহালমুক মপোক কাওখ্রে।

ফেব্রুয়ারী, ১৯৬৪

## লৈবাকমচাশা ! সংস্কার ! সংস্কার !

ঙসিদি ঐ ইম্ফালদগী ফনা লাপলে
ৱেস্তর্ন ম্যুজিক, ফিল্ম সোংগী খোঞ্জেল তাদ্রে,
অস্তুবু লাকান্নুংদদি মৈ হৌদুনা চাকলি
মণিপুরগী কংলাগী খোয়দোদনি মৈ হৌরিবসি।
নুপী অঙাং পুন্নমক ইপাদা পাখংলে
সমাজগী থরায়-মি য়াংকোক্তা হাপ্তুনা থপ্লে।
থিরিবসি করম্বা লেংদবা সমাজগী মূর্তিনো?
ঐখোয়গী পুক্নিং থম্মোয়গী করম্বা মূর্তিনো?
ঐখোয়না লৈগনি কয়া কুইনা মালেমসিদা?
করি খল্লক্কনি অহল ওইরবা মতমদা?
পৃথিবীসে মচেৎ মচেৎ তানা খায়দোকলে,
শম্বল রাংমদা মখা চিক্কুনা লেপ্পরে।
রাক্তুনা উম্লবা থাজগুম মঙাল য়াওদ্রে
ঐখোয়গী সমাজ নোংমা নোংমগী মম্‌শিল্লক্লে,
মায়গৈ-শলাই খণ্ডনা কণ্ডাওনতুনা লৈহল্লে
অঙাং পুন্নমক তুংগী আশা উহন্দ্রে।
হায়নবদাই মপা মপুনা কৈরাক থারম্বা

 মসিনা ঐগী অরোইবা ৱানি।

মচা মগুদি লেম্না খক মাঙ্ ফরোই,
ঈশিং মরীককুম থমনা মথক্তা পকপা
লৈতাহন্দ্রে অঙাংশিংসে লৈহল্লে তরোই তরোই
ঙসিবু কনানা মথৱায় শোক্লা লাউৱিবগে ?
লৈবাকমচাশা ! সংস্কার ! সংস্কার !
মী শিরে, অঙাং মরু ফংনা মাঙলে
লৌখৎনিংঙাই লৈত্রে থোইদিং মখায় অমতা
ঐখোয়গী সমাজ নোংমা নোংমগী মাঙশিল্লক্লে ;
ফজবা অমতা মমিত্তা উহন্দ্রে অঙাংশিংগী
অফবা অমতা মনাদা তাহন্দ্রে অঙাংশিংগী ।
অঙাং কনাগী লৈয়েংদা সর্স্বতীনা ফমলিবগে ?
তাং-পাংতা পূম্নমক মহৈ তমলে
অৱাবা অঙাংসু অনৈবদা তিন্দুনা মাঙলে ।
লৈবাকমচাশা ! সংস্কার ! সংস্কার !
সমাজগী চাউরবা হকচাং কায়াংনি
নং ঐনা শরুক অমমমনি
অঙাং অমতং মহৈ-মশিং তম্বীদনা মাঙহনবদা
লৈখা তানা মাঙগদৌরিবনি মীওইবা পূমনমক ॥

সেপ্তেম্বর, ১৯৯১

## লমল

মপোক মপোক খুদিংগী
মী ওইনা পোকতুনা
মীগী মরক্তা লৈদুনা
তারা মুংঙাই খাঙজগে ।
নোংনা ফুদিৎ ফুনা চুদুনা
ঈশিংনা থজিন থমুবা
মুমদাং অহুদা অহুঙৈগী
কাচিন্দা তাশিন্দুনা ফমলিঙৈ
নংনা ঐঙোন্দা হংখি,
"কমদৌনি ঈশিংসি অমুম্না
অমুম লেপ্তুনা চাওশিল্লক্রবদি ?"
ঐনা খুমখি ইতাও তাওনা,
'নংমু ঐমু শিবা তাই ।'
মখা তারকখি মহাক্না,
'শিরবদি উনবা ফংলরোইকো ।'
থম্মোয়দা কিশি কিদুনা
থমখি মহাক্কী রাহৈদু ।

ঙসিতগী নত্তে, ঙরাংতগী নত্তে,
পিশক পিক্লিভৈদগী হৌতুনা
সনা লুপানা শিংবা য়াংত্রবা
চাওরবা লমল অমদি
থম্মোয়দা ফুমতুনা লৈত্রবা
ঙসিস্থু লৈরি লেঙ্‌দনা।
কোকচাওবী কাখি মিৎবুপ্তু
ঙাওখি ঐ চান্নমক্কী,
ফাগী ফাগীদগী খুত্তগী নাস্থোকখিবা
য়োৎচিন তোপ্পা তেন্না
পাইশিনখিজ্বনা য়ুংখি
য়েৎ থংবা কময়াদা মহাক্কী
ফনেক ফারোল ফাওনা;
লফু লেম্বা মাল্লবী
অঙৌবা হকচাং কায়াৎতগী
ঙাংশং ঙাংবা ঈনা
শিন্থরকখি তরং তরং।
'ইস' হায়বা খোল্লাওদা মহাক্কী,
তংখায় অমা শিরবা
মিহুন চেনগুম চেনগানরবা
ঐনা মঙোন্দা য়েংখি মিং কুপ্তুনা
থব্রায় ব্রানা, ইপা পাখৎনা।
মহাক্না ইংনা হায়খি,
'করিগু তৌদেদা।'

চহি অমনি ব্রাখিবা
মেলেরিয়াগী অকনবা চৈফুদা;

নোংমা লেপ, নোংমা হৌ,
অরুম্না ঐবু তাহৎখি ।
ময়া শিজংমুক চাওরবা
অকিবা হিংচাবনা
শায়োন লিশিং ত্তন্দুনা
মবুক হুইতিম্ক কংহুনা
ঐবু য়োংকে তান্নখি
মঙ্‌শু তাইবংদশু ।
খোংবান্দা নমখি শল চাজেনবীনা,
ঈশাদগী খঙ্‌হৌদনা থোকত্রবা
হঙ্গোইরবা অমাংবা তৈরবা ঐবু
পোত্নুনা পুখি য়ুম য়ৌনা
ঐগা চাওবা মান্নবা মহাক্না ।
হন্দকী মপোক্তা নত্তে
হয়েংগমক মপোক লানা
শিংবা ঙমলোই শিংঙমলোই
নুংশি নুংশিরবা মখোয়গী
শিংঙমদ্রবা তৌবিমল ।

আগষ্ট ১৯৯২

## অমম্-অঙাল

অমম্-অঙাল শিন্নবা মতমদা
তুমিন্না ফমদুনা মাঙ্গোল মচাদা
খল্লকই মওল মওল পুক্লিংদা
লৈহৌগনি পৃথিবীদি অস্থুম্না অস্থুম
ঐনা মিং উইশিন্দুনা তুমগ্গবস্থু।
কোরৌনা ঙাল্লম্নবদি অহিং-মুংথিল খায়দনা
থাজনা থোক্লম্নবদি থাশি-থানৌ লেপ্পনা
কনানা ইরাংপিগনি ঈশিং খুজোক কঙ্গনা ?
কনানা য়েংবিগনি শকাংহনবী থাজবু ?
মঙালগী অহানবা ইথক্লা থবক্কী সম্মক্রুদা য়ৈবদা
চোংলি-শুরি অরোয়বা নুমিংকী মঙালনা মন্ত্রি'কাও
পিদাই-খমদাইবীগী মতমবাক্লা য়াতাদ্রি'কাও।
আঃ! শিবগী ফংঙমদ্রবা চিনবনা চুপ্পীবদা
খোয়থুমনহল্লি পুন্সিগী খারবা মহাওবু।

ফেব্রুৱারী, ১৯৯২

## কৈথেল কাউ

ঐনা উখি ইমাগী মচুং ইন্না ইন্না
কৈথেল কাউনা চংপদো ইথন থন্না
মীয়াম মরক খায়তুনা
মনিংতম্বা হাইনা-হমনা ।
হঙদে করিগীনো, চাংতুম মানবা মরুমদো
নিতাকুই থরায়না, অরুং-মরেং চংপদো
খোঙথাং খোঙথাং খুদিংগী
মিংথন্না তোংবা ডমখিদে ঐগী
কৈমেরাগী লেন্সতা তাবা পুনশিন্নবা মঙালদা
মংগী মমি চোংথোক্লকখি ঐগী মিংনম্বাদা
মহাক্তনি উখিবা মীনা থম্বা কৈথেলচুনা ;
কদায়দা থাদোকখিবা ইমাগী ফিজনা,
মায়াগী লাংদা থুজনা
মতুং ইনখি মায়গৈ-সলাই হঙনা ।
য়োৎচাবানা চিংশিনবগুম য়েংইকাম কুপ
হঙহৌদনা লেপখি মংগী মনাক্তা ঐ

পুক্নিং হরাও তুজুংখি !

পায়নিংবনা খুৎসি মরেং মরেং চৎখি !

অতা-অতু খুন্দুনা পিজখি

মহাক্না হরাও হরাও চাখি

ঐঙোন্দা য়েংঙ য়েংউতুনা

ঐনা পেনখি মহাক্না চাবা উরগা।

অশংবা লম্পাক্তা মহাক্না চখোম চাওনা চাবদো

মনাক্তা ফমতুনা ঐনা ইমিং পেন্না য়েংবদো

পামজরুই ঐনা

ঙাইহাক্কী মংলান মতেক্তা

কৈথেলগী মী-পোং পুন্নমক কাওথোক্লুনা!

অহিংবা মিংকুপ অমদা অচংবা থরায়না খোঁশাখি

পুন্সিগী থুম্নবা মহাও তংতুনা কোয়চেন চেনখি

ঙাইহাক্কী মন্নুংদা

মহাক্না ঐগা অওইবা চান্নখি

মমৈ চামর পায়তুনা নান্দুনা শান্নখি।

থরায় অনী অমদা পুল্লে

মহাক্না চৎলগা চৎলে, মহাক্না লেপ্লগা লেপলে

কৈথেলগী তোংঙান তোংঙানবা মফমদা

অকি-অখং লৈতনা, তাংলৌ লৈশিনখিবা খঙহৌদ।।

কৈথেলগী পোৎফম ইভাক ভাকশিল্লকে

মী-পোং চংথোক-চংশিন তরক তরক উরক্লে

মতমগী বাংমদা ফনা কুইনা মঙুরে

ময়ামগী ইথক-ইরাওখোল নেমখ্রে।

খংনিং নাংলকখি ইমাবু মংফাওনবগুন

ইমা উদ্রে জ্ঞান তারকপদা ঐনা

মসিনা ঐগী অরেইবা বানি। 

তম্নলাইগুম উরকখি উপাম্বী পরেংনা
অকিবা পোকখি খঙনদবা মী উবদা।
লম্বীনা মাঙদা খনখি মরোঙ-মরোঙ
লম্মৈথাবীগুম কুফেং কাফেং থাওমৈ পরেংনসু
পূম্নমক নঙ্করম্বা পূম্নমক থাপতোকপ্রে ঐঙোন্দগী
খোং থাংবা খোকচিল্লক্কে ঐ তাঙ্গা অম্বাইদা।
থম্মোয়দা খোম্থাং য়ৈরকই
নুংশি নুংশিরবা থৌদোকী হুরনা
ঙসি য়াচংবা মতুংসিদা
থাবলনা লেং-লেং চৎলবা।
ঐনা কয়াদা পিরুম্বা পলেমগী তম্পাক্তা তুম্নম্বা
চরৈ নাহোং মনুংদা পুন্সিগী মং মংলম্বা
থা থরানমিচাক্কা মিৎচানহুনা
লাইরৈবাক্তা চৎলম্বা সনাগী কৈরাক থাহুনা।
ওইদ-ওইদবা সহরদা কোয়রুরে
লণ্ডন-সহরদা লেপ্লুরে, ৱাশিংতন্দা ডাওরুবে
ওইদবা হিঙ্গোলদা ওইনম পাম্বীগুম হৌররে
ঙসিদি ঐ অশেংবা ওইদ্রে, তশেংনা হিংবা নত্তে।
তাওইবনি তঙাংগী মচু লাংলবা মংলৈবাক,
মথারায় পানবা ঙাক্তনি তারি-উরি পূম্নমক;
ফাজিন পুনশিন্দুনা উদ্রে অশেংবা মশক পুন্সিগী
খঙদ্রে তাইবং মীগী পুন্সিসে মনাই নত্তে মতমগী।

বসন্তগী য়েন্নিংসু নাকেলথাগী উনাসু
নহাগী তাইবংসু তহলগী পুন্সিসু
সুর অমমমনি পুন্সিগী চৈজিংলেন্দা

অঙাং ওইরিঙৈদা অহল ওইনিংঙি
অহল ওইরগা অঙাং ওইনিংই
অমনা হেন্দে অমনা ৱাংতে
মচেৎ মচেৎনি অচৌবা মপুমগী ॥

সেপ্তেম্বর, ১৯৮৯

## মোইবুং খোঞ্জেল তাবদা

মোইবুং খোঞ্জেল তাবদা
নোং ঙাল্লমদাই মতমদা
পুক্নিং হরাও তুজুংলি !
থরায় চিঙ-চিঙ লাওরি !
খোঞ্জেলগী মায়কৈ লেপফাত্রিঙৈ
অপাইবা ৱাখল অমনা
কায়নরবী হুরাবু মমাঙ্ ৈ
খঙনিং নীংশিংলকুনা
হুং থোক ওললি !
মোইবুংগী হুংশিবা খোঞ্জেলমৈ
পুক্নিং হুংশিবা ৱাখলনে

মতমনগা নুংশিবনে
থরায় তনিক তনিকলে।
মপান্দা থোক্লগা নুংঙাইগদবোই
শোল্লবা থরাম্লনা খল্লি।
( থোকপাদা ) ইচীক হুনবী নোংঙাল্লমদাই
লীক্লা-পিরাং শিন্থরী,
থোইনা পুক্লিং নুংশিরি।
কৌরকই থরায়না নুংশিনা
লাইবক চাওবী ইমা!
করম্না খাঙখি কৃষ্ণগী প্রেমদা?
ব্রজনা ঙাংনৈ কলঙ্কিনী হায়না
নুংশি মৈচাক খঙদবনা।
ইমা, বৃষভানু নন্দিনী!
নংগী নুংশি মরীক অমতং
নচাগী থম্মোয়দা চোংবদি
ঙম্মুদ্রেনে খাঙবা ঙাইহাক্তং।

নবেম্বর, ১৯৫৯

## ঘ্বা মতপ অমা
## চা গ্লাস অমা

শুপ্নগী মিংকুপ অমতং
নোংথাংগী মঙালদা মিংয়েং অমতং
তয়ালবু ঙমজবী হেলেনগী মায়থোং
ডাক্তর যোষ্টস্না মিতাজখি
লুছিফরদা মথৱায় য়োন্থোকখি ।

হিকনা অমুক কপখি
থংনবা মিংকুপ্তা খুতুম শিঙখি
ফোষ্টস্কী মথৱায় তঙ্খায় তাখি
পন্দোল লোমখি মাগী অৱাবা
সনা লুপাগী শাফু থেংনবদা ।

অহুগুম্বা শাফুদো ঙসিসু থেংনরে
ঐখোয়গী সমাজ পতাল য়ৌনা পুংথরে
যুগসিগী সভ্যতাগী নোংলৈ-নুংশিৎতা
ঘ্বা মতম অমনা পুন্সিগী মমল ওইরে
চা কপ অমনা মীগী মমল শকলে ।

মা য়োনবী রাধেগী মনাক্তা ফমতুনা
কৃষ্ণকুমারনা কৌই, 'সোবীতা, নুংঙাইরিদনা ?
চংঙকখো যর্দা অমতং চাখিসি
নুমিৎচুপ্পগী য়ুমদা, শিগদবা থরায়নি
নংগী হোবে হোবেতুবু, কয়া কুইনা হোবেখিদৌরিবনো ?'

'ওকচরে তামো ! নুংশিবিরিবতুনা হেন্না পেঞ্জরে,
তামোখোইগী ইনম্মগী মরায়বক্তি থম্বাল শাংপনি
নুপী ঐখোয়গীদি মচা-মন্না ফরগা লোইরে ।'
'হাইমা ! কদায়দগী ফরকনো', রাধেনা হায়খি,
হৌজিকসু খুনুংগী নুপী লৈরিবোইরে ।'

'কনানা ফরক তারিবা ইবেম্মা ! ঐদি ঙকলে
তোয়না থেংনরে কোম্বীরৈতু হন্দক্তি,
মমি ফাও উগে ফংলমদে লৈশারিঙৈদদি,
শজিগুম মমিং-মনা তথক তথকলে
ফজরেদা হন্দক্তি, কেবসু মচুম তারে ।'

'ইসে তামো ! নহালগী রাতু কমদৌরে ?
ঙারা ঈশিংলা তাংদাংবা খংদোকপিরবরা ?'
'ঙা ওইরমলে, ডাক্তরগা তানতুনা লোইশিনখ্রে ।'
'অতুদি ফরেদা, নহালগী রাতু শোয়দ্রে
পৈশা-লিক্কোল জোম জোম তৌবিগদবনি ।'

'নমায় ইঙাও ঙাওশিন্নগনু !' চন্দ্রশখীনা শাওগৎলক্কই
'নখোয়না হায়রিমখে য়াবা মীওই
থিহৌবা য়াত্রা ঙসাইনা অহোংবা

নুপীগী মমলবু চা গ্লাস অমগা শরুবা য়াব্রা?
নথীবোং য়াওরবদি মীগী মমলস্থু খংউ।'

মান্নি, নোংহৌ অমগী সভ্যতানি
সনা লুপাগী অকনবা শাফুনি
মীগী তোৎন-তিন্নবগী ডিফিনিসন্দা
য়াওদে নুংশিনবগী মরীক অমতা,

য়োনবনি লৈবনি মমলগী মুক্কবনি।
থা মতম অমগী পুন্সিনি
চা কপ অমগী সমাজনি
কৈথেলগী চেথী-চেথুমগা লোয়নন্না
চেন্দুনা পুদবা লৈতে নুপাস্থু নুপীস্থু
নোংমা নোংমগী থোকউ থোকউবা মায়গেদা

সেপ্তেম্বর, ১৯৯১

## ঐনা শিদ্রিবৈঙেদা

ঐনা শিদ্রিবৈঙেদা
ৱারী লৌবিগনি অঙাংশিংদা।
মেরাগী থাবলদা
থাবলনা কবোক পোকপদা
মখোয়গা লোয়ননা
কুম্মৈ য়েংগনি ফমদুনা।
লাংবনগী ভুরেলদা
তপর্ণ হৈশোই লোক্লুনা
ফমদুনা চাবদো
ইমিং পেন্না য়েংগনি।
শজীবুগী নোংহৌদা
মুক্তা পামফল হুনবদা
খুন্দুনা পৈবদো
নিত্রংনি হায়বা কাওদুনা
ঐসু য়াওবিগনি
শিবা নাবা কাওথোক্লুনা।
শাবল থক্লা

য়াঙ্গোই কারুবী তোংত্থনা
নছা পাখংশিংনা
মালংগা লমজেন তান্নবা
ঐস্থ য়াওখিনি
পোক খরা কাপচরবস্থ।
শিবগী মুমিৎ পারগা
করি কান্নবা লৈবগে ?
মী কয়া লেপলি
ঐগী ইতুং ইন্নিংত্থনা।
ঐনা শিন্দ্রিডৈদা
লোইবী চীংমায়দা হকলমগনি—
খল্লুবদা কোকচাওবী কারবা
তাইবং মীগী পুন্সিনি,
য়াইবী খাক্তনা নিংনরবা
তুমা কায়না লৈহৌবা
শোরারেন কিন্থরক্তুনা
নন্‌বদগী হেন্না হকপনি ;
পম্মুবদগী পাম্মুরবা
থাজদনা খ্বাই মাঙ্‌খিবা
মুংশিবদগী মুংশিরবা
খঙহৌদনা উনবা ফংদবা
মীওইবগী মপোকনি
খল্লুদবনা হেন্না ফরবা।
ইশৈদুম শক্তোক্কে
শাবী মাঙ্‌দা থারিডে,
লোইবীদুম কাথোক্কে

খুজেং পালোইনহুনা,

থল্লুবা কাম্নদে

হয়েংমুক মপোক্কী ৱাদো।

নৈকায় মচা নৈরি

তুফক-তুফাই চন্দুনা

হিংমিন্নগে মখোয়গা

ৱারী-ৱাতায় শাহুনা,

অৱাবদা ৱামিন্নগে

নোং খোংবগুম কপ্পনা,

নুংঙাইবদা নুংঙাইমিন্নগে

থৱায় তানা নোক্নুনা,

লম্পাক্তা ফমমিন্নহুনা

বাঁশী খোংহুনা নৈমিন্নগে।

অৱাবগী নুংশামপী

লোইনা হোন্দোকপ্রগা

নুংশি নুংশিবা ইশৈ

ঐখোয় ইশৈ শকমিন্নহুনা

ৱা ৱা নোক্নুনা

পুন্সি মতেকসি লেপ্তোককে

জানুৱারী, ১৯৯২

## চংজরবনি নশাইগোম্দা

ইবুংঙো শঞ্জেলনহা !
শুক্লা মংনা ফজরবা উমংসিদা
থাদোকপিত্নুা ঐবু ইথন্তা
কয়া থীনা ঙাওরুরবা ঐদি ।
অয়ুক ঙান্তাদগী নংগা কায়নরে,
কিখ্র কিখ্রবা মফমদা
করিশু নাচুংবা লৈতনা
মীকি লাইকিবা তৌদনা
শুখ্রবা চীংমুং-মান্নুংদা
অরাম খৌরাংবা কোক্লবা
শা কৈ কিদনা চারুরে,
ময়াই কারবা মুংগী মৈশা কোকনবা ।
করিগীনো নংনা ঐবু থাদোকপিরিবা
পঙ্খ্রবা ঐবু ইতোমতা ?
নংনা শাজৈ পায়তুনা ঙাকপী শেনবীবা
কাওরুরে ঐদি তশেং তশেংনা,
ঐগী পেন্নবা হোনবদা
কয়া শাগী শাথীনা ৱারুরবা
শুহাদা হঞ্জিন হঞ্জিন তারুরে ।
নংনা ঐগী খুর্জী পায়তুনা শেন্নবিদ্রবসু
ইনাক্তা ফমতুনা য়েংদ্রবসু,
চাওয়েং য়েংই হায়বসিদি

লৈপাক্তা খুতুম্না থাবনি ;
নত্রবদি শল খোঙ্গুলদা
শোয়দনা লৌরমগনি লাইনা।
ইখোং থোংনা চঙ চঙতুনা
শুকখ্রবা উমং মন্নুংদা
কয়া কয়া অকিবা থেংনখ্রবা
লৈত্রক্তা চঙতুনা লোৎনিংবা য়াওখ্রে।
চীংন্নুং-মাম্নংগী ফজরবা হানৌনা
মায়াগী লাং থাকতুনা
ঐবু পূমশুম শুম্মাংখিতুনা,
ঐদি য়াম্না লাপ্না চৎলুরে।
উমং লাইনা চেন্দুনা
শাইতিংখংবু অনৌবা য়েন্নীংগুম উতুনা
চারি মখৈ পেন্দবা লাইচুরুরে,
উরু উরু লৈতুনা ঙাওতুনা লৈরুরে।
নুমিৎ ময়ুম চংখ্রিবৈঙে, ইবুংঙো !
ঙসাই মখৈ থাদোকপিরবস্তু
নিংতম্না নংগী অচৌবা উমংসিদা,
হোইতুনা অমুক পুবিরো নমাং থানা
অপঙবা ঐনি, ইনিংতম্না থাদোক্লবস্তু
অফ-ফত্ত খঙদেদা
হঞ্জিন হঞ্জিন লৈখোম লৈনাংদা কুমতুনা
কাখৎ-কুমথ শান্নতুনা লৈরুরে,
নংগী থৌরিনা পুন্দুনা চিংতুনা পুবিরো
চংজরবনি নশাইগোন্দা নিংবদা তৌবিরো।

সেপ্টেম্বর, ১৯৯২

১১। ...সিনা ঐগী অরোইবা বানি

## অইবগী পুন্সি অমসুং সাহিত্যগী থবক

আগষ্ট, ১৯৩৯ ইংদা উরিপোক্তা পোকই। জোনষ্টোন স্কুল, ইম্ফাল কলেজ, ডি. এম কলেজ, ইম্ফালদা লাইরিক তমখি, গৌহাটি ইউনিভরসিতিগী ওনর্স গ্রেযুয়েটনি। হৌজিক এন জি কলেজদা ইংলিশ তম্বীরি।

নৌনা সাহিত্য, সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী সংস্থান কয়া লিংখৎপদা অকনবা শরুক য়াখি। বিশ্ব শান্তি সেনাদল, উরি-পোক নাহারোল সেবা মরুপ, শৈহৌ মরুপ, কলচরেল ফোরম, নহারোল প্রেমী সমিতি, মতমগী মণ্ডালনচিংবা সংস্থানশিংগী মরুওইবা থবক পুখি। শৈহৌ মরুপ কৌবা সাহিত্যগী সংস্থানগী সেক্রেটারী অমসুং সমপাদক ওইতুনা 'পোমশাৎনবী' কৌবা ছাত্রশিংগী লাইরিক অমা ১৯৫৩ ইংদা ফোওতুনা মহাক্কী মমিং লৈবাক্তা থওবা হৌখি। কলচরেল ফোরমগী চেফোং 'ঋতু' গী সমপাদক মণ্ডলদা য়াওতুনা শৈরেংগী শরুক পুখি। নহারোল প্রেমী সমিতিগী থবক্তা অচৌবা শরুক য়াখি, সংস্থানসিগী অখোন্বা রারী মচাগী লাইরিক 'পুন্সী মূর্ত্তি' গী সমপাদক ওইখি। মতমগী মণ্ডাল সংস্থানগী চেকোং 'মণিপুর' মতুংদা 'মালেম' গী সমপাদক ওইরম্মী।

আকাশবানী ইম্ফাল, মালেম, ঋতুনচিংবদা রারেং শৈরেং কয়া ফোঙ্ডি। কবি সম্মেলন কয়াদা শরুক য়াতুনা ওসি ফাওবা লাক্লি।

চহি ২০ হেন্না কাম্লরগা নৌনা পুথোকলক্লি অইবগী অনীশুবা শৈরেংগী লাইরিক 'মসিনা ঐগী অরোইবা রানি'। পুন্সি অমসুং শৈরেংগী ভাব পূর্ণমক অমত্তা ওইনা পুনশিনগে থরায় য়াওনা হোৎনবা কবিগী ক্রিয়েৎটিভ আর্ট শৈরেং কুন্দ্রা নিপালদা থেংনগনি।